মণিপুর সরকারগী মহৈ মশিং লোইশংগা
শেলগী মতেং থিজিনদুনা কোংদোকচবা।

কোংবী :— 

চন্দ্র মন্দাকিনী

কৌ মাপ ১,০০০
লাপ্থোকচখিবা ইঙাগী থাবুং, ১৯৮০ ইং।

---

য়ারী অসি লমজিং লমতাকপিখিবশিং :—

১। পন্থো শরুবা য়াংখেম ভোলচৌ, অমাইবা।

২। ঈশ্বাম্বা ইম্বুংচো লোম্থোনবম থঙো।

লৈখিত্রবা অহল লমনশিংগী মফমদা খুদোল কৎচরি, পাংত্রবগী নিংথৌ খিবা য়ারী।

---

ত্রমা অসিবু থোইদাবীরবদি শাস্ত্রিত্রৈগী মনাংদা অয়াচে (পার্মিশন) অমত্তং লৌবিয়ু।

অইবা।

# নিংশিংজবা

"বিংখৌ থিবা" মিসা আস রূপমহল থীয়েটরদা তাং ২১। ১। ৭৮ ইং, থাংজ চুম্রিদাং ৬ট তাঁবদা অহানবা শো উৎপা চৌবিখি। থরাই হকচাং মাওবা হোৎনবিখিবা মৌইনবা শকক লাংথিবশিং :—

নুপা :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | সনা য়োইমজান | — | এস, শান্তিকীশর |
| ২। | খুয়েংল বাখোংখেংবা | — | রা, কু, জিলা। |
| ৩। | মোইরাং নিংখৌ | — | টিএচ, বীরেন। |
| ৪। | হাওজক শোয়ঙশেনবা | — | ও, জয়কুমার। |
| ৫। | খুঙ্গহনবা | — | এস, কুখোই। |
| ৬। | খোংলোই নৈশং | — | এক, নন্দন। |
| ৭। | পুংগ্রি (লাইচিংবা) | — | রা, কু, তরেন্দ্র। |
| ৮। | অবা হঞ্জবা | — | টিএচ, রাজেন। |
| ৯। | „ অহল অমা | — | " বীরেন। |
| ১০। | মোইরাং লাম্মিশিং | — | (i) ডব্লিউ, হেমন্ত। |
| | | | (ii) এস, রামো শর্ম্মা। |
| | | | (iii) এ নাংলা " |
| ১১। | অবা কম্মাইবশিং | — | (i) এল, কমলকীশর। |
| | | | (ii) এস, গুন্দ্রো। |
| | | | (iii) বী, নিমাই শর্ম্মা। |

মুপীগী শক্তম ঃ—

১। লিকশিমু শাকবী — কুমারী গীতা দেবী।
২। মাংগোইভাবী — শ্রীমতি বীনোকুমারী
৩। চেংরৈৗংবী — কুমারী বীনোদিনী
৪। প্লে-বেক — কুমারী বেদবতি
৫। প্রোমতর — (i) এস, কুলেশ্বর
(ii) এল, বীরেন
৬। মিউজিক — এস, কুলা অমসুং মাগী কাংলুপ

৭। ষ্টেজ অমসুং লাইট — বী, চন্দ্রমনি শর্ম্মা

৮। মেকপ— এস, শামু, ৯। ড্রেশ— এন, লক্ষ্মন, ১০। মাইক্রোফোন— এস, সোম, ১১। মিউজিক ডিরেক্সন— এস, কুলা, ১২। লিলা ইবা— মুতুম্বা তোম্বী।

লিলা অস্তিমু মপুং ফানবা লমজিং লমতাকপিবা ওজা ইবুংঙো এস, নবকান্তসিং।

# অহানবা মতাং

## ( ন্নুমিদাং )

মূময়াগী উবোংমনাক্তা "থূম্নোন বাথোংশেংবা" কময়ুনা বাথন তৌরী অমুকস্ন হৌগৎলি কোইচং-চংলি বাথম্না ফুমবংবৈ। মতাং অসিমক্তদা নাওশুম ঈশৈ অমা শক্লকই।

ঈশৈ :— থা থা থবুংতোন,
মচা মোয়ানবী পোবিগে ,
পোথী শনম নম্বীগে ,
হৈংবোং চবোং অমত্তা
থাদবিয়কউ থাবুংতোন।
হা-হা হুম হুম ,
হা হা হুম হুম ,।
পাম্নী নাওবা চাওদবা
থোমলেনগী ভুমথুনভাম্লোনে ।
হা হা হুম হুম ,
হা হা হুম হুম ।

থূম্নোম্না ( ঈশৈ অচ্ছুবু মুম্নো তাবগা মুংতাইজবা শোন্নি)

হন্দকী মপোক লাংডোন্দা পারী ঈমোমম্ভু ফুটত্রবা থুমোন ঐনা ঈমোম শন্না লাংগোনজবী মহাক্না ঈশাইগোন্দা লৈরকপা থাবুম তরুক হেনগ্রে। অহুবু—ঈ মতুমগুবা চেঙরকপা কোনমে নাওবা ভনৌবা, ঈশুমক্লি নিংজনা চেৎন চান্না, লুনা থাগে জ থুমোন ঐগী চায়োল শুয়োল তাজরে, মেক সনাই শাখৈ মুৎল-য়োইমমনা পায়না-লৈতানা, মুংঙাই মাইবী মরাংকাইনা লৈজরক-পদি। হে চৌংথু, শিদবা লুখ্রেদা কয়ঙ্গা। (অরা শক্তোমা কুপথি। থবথ-মথৈ থন্নবগী শন্নারমুংদা কৌরকই).

"ঈপাগী লিকশিন্নু, ঈমোম নংবু-তাবরা? বাংলেন ঙাইলাক্তা লাকখো। (অয়ম্বা মমোমবু কৌরুপগা মথা তানা—শোন্নি)। চৌংথু নোংদমখোন্না কন্নি তমলিগবা। ওসি কৌবা নোংগী মোইরাং কংলাদা রারেপ বাতাখিবা মপু মোইরাং নিংথৌনা কন্নি থৌশিন খৌরাংলকবা। থুমোন ঐগী ঈচা ঈশুমকপু কয়মনা ইথুৎমন্না শংলি'বগী মথুত্তা শিন্নগদগে. পায়মা অসি মমথেদা। মপু সনা ম্বাথংবু ইনগম্বা ঈচাগা ঈশুগবু কনত্রা, হে ঈপুখৌ থাংজিং কোইরেন লাই, নশুগী পায়মা লমজিং তাকপিয়ু ( লিকশিন্নু হন্নাও হন্নাওনা খোক্লকই ) লিকশিন্নুনা হায় রকই পঙ্গো নমোমবু কৌখিবদি কন্নি শিন্না লৈখিমগে? নশু অহু শুবদা বাংলেন ঙাইহ'ক্তি পন্থজগ্রে।থুমোমা মমোম য়েং না পাউমেন্নকই, কন্নি শিন্নাবুদি লৈত্তেদো ঈমোম, ঈপা মামা অমওং অহুক পাউদমগেকো; মপু মোইরাং নিংথৌগী কংলা

য়াংবেপ ওইরককদবা মওং অমত্তংবু ঈমোম নংবু থংহনবিংবনি।

লিকশিন্নু হয়াওনা হংজৈ, চৌংথু মাগী থৌজানগুম, পাইবা পুকচেল চাওয়বা মপু সনা য়াথংনা পন্থোবু কমথোল কাবিরবরা? অদু ওইরবদি চৌংথু থাংজিং কোইরেল নই' নথোমনা হৈরাং নৈরাং কৎচগে, পুন্নমক থোইয়ুম নংগী থোশিন্নি।

খুয়োম্না তাংজানক্লা পাউথুম্নকই, নওে ঈমোম তাইবংপী থৌশিন্না অমা থোইয়ুম নোংদম থোম্না অমা থোকপ্রবনিকো ইমোম। খুয়োল মতৌ উবদা পায়মা অতকচম পাউহংজৈ, অমা হইথোকংলাং, তাংজা মক্লা উবদি করি য়ারানো তাকপিয়ুবে নচাদা? লিকশিন্নুনী মকমদা খুয়োম্না পাউথুম্নকই, ঈপাগী য়ারা থুদিংমক পায়মা থৈনা পাউদমগে; এনা থংনিংবা য়াবাসু ঈমে ম নংনা পায়মা তিংনা য়ারা কিপ শেংগদবনি। লিকশিন্নুনা পাউথুম্নবই—এনা থংতবা য়াকং ওইরবদি পায়মা কিশি থমজ-য়োই, অহানবদা পন্থৈগী য়াবা পাউদমথোন অদুদং ন.মাম্ব কাবা পাউদকীবু পন্থো। খুয়োম য়াথম তৌনা য়ারা মকা কোংলকই, উম বারী বথোং পুন্নমক য়ারা' ময়েক চুম্না পাউদমগনি, ঈগী কোংয়াং চৈথ অদু ঈপানা থোইরং কংজা কাবদা অজুম্নক পুৰকি নহালগী কোয়োদি মচা ইবুংঙো য়াংগোল'নিংথৌ নাওয়া শিংজ চনবনা কোংয়াং চৈথ অহবু মালেম নৈদ থোংনেংনা; শম্বু থোংদোইনরে। থৌতোক অসিবু থোইয়াং কয়াইবা কনা মিৎয়েংচোইদানাখিবাদি নওেদো ঈমোম, নপা — —

ঐতমক চেংলৌ মিৎখিৎন মউবশিদো। অক্কম্মা রাংলেন ভাইহাক হৌগ্রব ভুংদা মগী ঈবুংঙো অচু অনা লায়োং থংদ মোলাং চেপভাইন থরাই লাইকয়ত্রে। কেপে পোইরাং নৈপাকো অমাই'বা অমাইবী কনানা ভিলকোক লায়কোকহনবদি ভম-খিত্রে। থায়োই লায়রোই থংদনা রাংগোল নিংখৌ নাওবা ওইবদো অমংগী য়াইখোং কুংত্রে। লিকশিন্নু খুয়োনগী মপাউ ভাবদা পায়বা অঙক-চম য়াবা মকা ফোংলকই। ইস য়ারা অসিদি—। কোংয়াং চৈত অহুগী মরমদা কংলা রাখোক ভুইবা ভারবা। খুয়োম্না মখোম য়েংনা পাউদম্নকই, খোথোক অসিবু মোমচু ভাইবং পুম্নমক্না পায়মা অঙক চয়ত্রে, করি-করম ভৌনা মচা ঈবুংঙোগী লায়না লায়য়োং থংদনা পুন্সি নোংমলখিবা, ভাইবং কনানা লংলা লংজিল পুখোকপদি ভমত্রেদো, খোইয়ুম লাইপাউ লোৎনা চুম্নগনি রারেপ্পা, চীংঙ্ থাংজিংগী খুবমদা ভাওজিং হৈরককা, খোইয়ুম লাইপাউ লোনয়ে। অমাইবী শংলাকপীনা ঈখোম নংগী মরমদা শিং-শিংনা চীংঙ্ লাইকাও ভয়কদে। লিকশিন্নুনা, পঙ্খৌ খোইয়ুম লাইপাউ অচুবু করি করম্না— খুয়েম্না মথাভানা পাউদম্নকই— খোইয়ুম লাইপাউ অহুদি কোংয়াং চৈত অচুবু খোংনেৎনখিবদগী নিংখৌগী মচা ইবুংঙো অমংগী য়াইখোং কুমখিবনি অসিনি। অহুদম্ব নত্তন চৈত অচুবু মপু ওইনা কংজবা ভবা দুপা অহুদি লেম্না মাংকয়োই মহাক্না শাইদাংজুবা নৈপাক অহুগী মপু শক্না নিংখৌ খুবম কংগনি। চীংঙ্ লাইপাউ অসিনা নৈবাক মারাং হৌবা

কংলা মাখোক ওইরকপৌবী ইযোম শকপী নহাকনু কনাগো ? কোনোই কিগে শেংনোনো , খোইমুম লাইপাউ অনিমা তাকপদি ইযোম নং অসি অচম্বা মীওই ম.ত্র। পামমা শেন্নোই নিকফংবাই মাৰা থুপচাম্নগনু হায়যু মীতৈ অচম্বা কনাগী মচা-নো ? অতাং মাওম অসিগী অপোকপা পম্বোনা কনানো শৈ লিকলিসু পম্বোৎকপা খুয্যেনগী মপাউ তাবদা পামমা মুংহিক্লা মথা তারকই। পম্বো, মতিনথৈদা চিনগেইকথিবা মরা অদুমক পামমা থৈনা চুম্নবা য়াম্নামক্কি। নংগোমদি চাকনি কিমিবীনি কনাগু নৈজদে। ঐনা মাওমা শিংল চল্লিথৈ পনেম পম্বো অনিম্ম কোম্নৌ নোংগাশ্রে। ঐগী ইপুম্নোইবা মহাকম্ন তাইবং শাইযোন থদোক্লা,— কে'মৌ লাইরবাক্তা খোংশান:ব্র। ঐদি কনা নৈজদবী লাইব অদোম তাম্নবীনি খৌক্লা পম্বো কাম শাইদাংজম্বী। মযে'ম শক্লবীগী মপাউ তারগা খুযোম্না পাউমেল্লকই কয়ে ঈযোম, কৌজিক্লি নপাবৌ নাওম্বা চংনবা ঈশু তনৌবা অসিগী মাইবী কন্দবা য়াম্রে ওসি ইপুং তানম্রিথৈ মোইরাং নৈপাক থাদোকতবা মত্রবনি। অহনা— মংলেন অসিমক্তদা নমা নচা খোংশাম্নবা থৌরাং পুম্বা লোইরেকো। লিকশিনু— পম্বো শক্লবা খুযোনগী মপাউ তাবদা ম'মা খোনকম নিক্লা পাউখুমক্লকই পুমমা লংজিন পুনশ্রে , কয়ি করম্না নযোমবু পিক্লবা ঈপাম্নী অসিগা থহিং তাংনৌ জাসদা। খুযোম্না হায়,— মাৰা শাংথবদি মাইক হকোনোই ওইরোইদো। পামমা মযৌ জৌ বিৎ-কুপ অহমশিং নাম্বোক তৌদবা মজে নত্রদি অক্নেমবা নপাবী মাইকৌ মাংগনি। মাংলেন অসিমক্তদা থুমল লমদম পাং, নপাবী

য়াইবী কনজরু, খোংশায়ো পম্বা মতাং নত্রে, কোয়ৌ অসি খেংপ্রবনি। লিকশিন্নু য়াথন লংজিন পুনগ্রে। খুয়োন কাথ হায়জরকই, য়াংদৌ লশীন্নু থংজদে, করম্মা থুমল লৈপক্তা হুথাংদোইজগনি, অমত্বা তাংলোদা শাংল য়াংদৌ চৎপদি পাম্বনা শীরাক তম, কৈরেম্মা য়াখোংলোন য়াইবী মাংগদৌবগী শারুক পম্ভৌ নাক্ত দৈ, নখোমগী য়াইবী নোংমলথিবনা পায়মা থৈনা পামজমেনে অপোকপা। খুয়োমা মথা তানা প.উমেম্নকই— ঈশাগী য়ান্না ইন্নু, লাও তরা চয়োম য়োমথো, ঈপানা য়াংদৌ খুদিংমক তাকনি। পায়মা নিংহমকয়োই। কেপে মোইরাং কনা-যুদি থংহন্দ ঈখোমগী নতেং পাংলক্নি বাংলেন কুইনা পম্ববগন্নু নপাম্রী অহু শম্মু নমদা পোশিন্নু অহুপা তরা চয়োমস্নু য়োমশিন-খো। লিকশিন্নু ইম্নুংদা চংবি, খুয়োন মতোমতা মুংঙাইতনা শোন্নি)। হে মোইরাং থাংজিং কোইরেন লাই, নত্ত য়ামজেং লাইবক থিবীবু কুথিয়ুকো খোইয়ুম—ও। ঙাইহাক্তী তুংদা লিকশিন্নু মপান্নীবু শম্মু নমদা পোন্তুনা খোক্রকই, মপা শকপা খুয়োম্মা লাইগী চৈশু অহু পামচনা, মিৎতা পীরাং শিম্বনা—

কদাই কদাই ঈশু সনা য়োরেন চান নংগী কোলোই অদি নংবু পোকপা পম্ভৌনা কোলোই মিংথোম্নকপনি। মহাকপু ঈপুনা হন্দক্তী লাংঙোন অসিদা পান্নী শক্কা নাও-কোম্মুনা পুন্সি লোমগে থনবনি, অহুমু খোইয়ুম মাপী থৌশিন্না য়াথিত্রে। [ চৈশু অহু পি ] নংবু পোকপা পম্ভৌনা তম্মীরম্বা

কোংয়াং চৈথু অসি লৌয়োসে। অদুগা পাম্নী শুগা
করিগুম্বা চৌংথু থাংজিংগী লাইপাউ অদিনা অশেংবা অচুম-
মক্তা ওইরবদি লেম্না মংদবা থোইয়ুম মানা কুবিসনুকো।
হয়েং কোয়ৌ মতম লাক্লবদা ঈথৌ ঈপু অমুক্তদি শম্মু
মায়য়োক্না উনাখিসিকো।

লিকশিন্নু, চৈথু লৌয়গা, পাঙ্খো নমোম্না লংজা-য়োনজা
নৈদবিবা খুদিংমক তাকপিয়ু হয়েং মতম অমদা পঙ্খৌগী
থৌগল অমুক কংজবা চৌংথু মানা কুবিশনু। মপা শকপা
খুয়োনগী থোং পামছুনা খুরুমই। খুয়োম্না মমোম শকপীবু
চিংখৎপিরগা পাউথেম্লকই, থোংশায়ো পন্থুরগনু ময়াহৌ তনবা
খুথল মচা কনানা ঈযোমগী নতেং পাংবা চৌংথু মানা
কুবিসনুকো। মপোক লাংতোল কয়াগী মমাংদ। নংবু ঈপানা
য়োকপা লোইখিদবনা হন্দকী লাংতোন মপোক অসিদা
ঈপা ঈচা অমুক থেংনবনি। নমা নচানা য়াংদৌ লমশাং
চৎপদা তুবুম অমত্তম্ন তেকনু, থোংশায়ো ঈপাগী লাংলেন
পন্থুরগনু চৌংথু খুমল অপোকপবু পাম্মদ। নুংদা হিরিকোন থোং-
শায়ো। লিকশিনু—পীক্লবা মচা অচু পোরগা তপ্না-হয়-হয়া
য়েংনা চৎখি, খুয়োম্না মমোম শক্ক-নাওকোয়খী মহাক্না
চৎলবদা—পিগী ঈরা চেম্না লহৌই।

তাইহাকী মতুংদা—কিয়ু শেৎপা শংলিংব তম্বা নুপা অমি
চংলকই। অহানবা শংলিংবনা হায়রকই, নৈ—চেকশিন্না
ঈথৌদাং পাতগদবনি, করিগুম্বদা য়াম্নো শাগুম পোনশিংরবদি

—মকুম্বা মপু চৈরাক— কংগনি। পাখৌ মহাক ঈপা খুয়োনবু হৌদোকলু, অনিশুবা শংলিংবনা কিরি। খুমলকই। ঐখোই অনি চংলুনা—ঈপা খুয়োনবু মোং হাদ মখৈ হৌদোকসি নম্ববদি—নং ঐ থাংজৎ থঙ্কা মাইবী নোংমলগনিকো। অয়ম্বা অহল নত্তে, চাইনরোল মখল কয়াদ কোলোয়—মিংচৎ কংলি কলি। পাখৌ নং চংলুনা-হৈরাল মুংদা কৌ, ঐদি—চেকশিন্না লৈগেকো। অহানবনা পাও খুমলকই, পাখৌ নহাক কৌদোকলু. ঐদিগে পাখৌবু চেকশিন্না ঙাক-শেনগে. পম্বরগম্বু—অঙম্বা খুয়োনবু হৌদোকলু।

অনিশুবা শংলিংবনা খুমলকই. মাবা শাংথজুনা-কায়দে. অম্বাইদগী হেক্তা কৌরসি। থরা চংশিল্লগা কৌই। হো—কম্নাইবা। হে। কম্নাইবা! থোংজি — নাতৈ কাংবিয়ো। কনাহ্ খুমকত্রে, শিংলি পাকনহৌ ওকশম তোংদমক্তিং, চরম তেংখন তংনো খুয়োন মাবু কৌবদি কলিপী পাউথুমকতবা। অহানবা মুপানা ইনশিলি. মাবা থোনকম হৌনা কৌ. তুম-খুনভানখিবা মতাং থোক্কুনা পাউথুমক্কবনি। অনিশুব শং-লিংবনা অমুকহন্না কৌরক্লবদা ইমুংগী খুয়োম্না খুমলকই, থোইথাং মচা কনানো? অথেংবা তাংকৌদা করি পম্বা লৈবগে? অনিশুবা শংলিংবনা—হো—কম্নাইবা বাংলেন ঙাইহাক্তা থোকপিরক্লা, ঐখোয় মপু থোইবাংনিংথৌগী—মনা মাথং পুন্না থোংদোইজরকপলে মাবা অমত্তা চিনগোই-জগে। মতাং অসি মক্তদা থোইবাং নিংথৌ লানমী থবগা

চংলকই, নিংথৌনা হংলকই--ইদাইরেমসা করি করম্না পাংথোক্কে।
শংলিংবা মুপা অনিমক নিংথৌদা থুরম্নগা হংগৎলি,
নদাইরেম ঐথোয়না ঙপু কম্নাইববু কৌথোকচরক্লিবনি।
নিংথৌ শাওনা, নথৌ শিম্বা অমত্তা পাংথোকত্রি?
থুয়োন থোক্লকই, নিংথৌউবদা কিংনা—হিঃ ঙনিংথৌ!
(থুরমই) কেগে মোইরাং লৈবাকী মনা তাংবম্তা ডাম্নোইবিম্বিবা
ঙনিংথৌহক্না মদাইরেবনী ভমপাক যুবদা মনা থোংলেঃবিরক-
পদি করম্না মনা য়াথং। নিংথৌ শাওনা থুম্নকই, কারমে
ঙপু, হৌজিকমক ঙপুনা লাংপোল্লিবা মমা মচা অনি অম্তু নিংথৌ
ইকমদ' শিন্নগদবনি। নিংথৌ মনা য়াথং তাবদা থুয়োম্না
পাউথুম্নকই, ডাকপিগনি দা ঙনিংথৌ! নদাই অহুদি ইরাল
য়াইদগী থে শানব্রেনা! নিংথৌ শাওই, মতু পুম্নমক ওইথোক
তবনি ঙপু, য়াংলেন অসিমক্তদা মমা মচা অনি অম্তুবু নিংথৌ
ঙক দা শিম্নগদবনি, নত্রবদি —। থুয়েম্না পাউথুম্নকই,
ঙনিংথৌগী মনা য়াথং অসিদি—ইরাল য়াইদগী থোংশানব্রবী
মহাকপু করম্ন ডাংলোথাদা কহৌগনি। নিংথৌনা মথাতনা
হায়রকই— ঙপু খোঁাশংগা মনা হাক্তকী কম নাইরক্লবনি,
পাম্ন য়াখল তৌ, নত্রবদি হমু লৈমদ চল্লকলবদা নিংথৌ ঐগী
অরুবা চৈরাক কগনি। মন ইশিংদা য়াথংদ পি, ভতুবসা
তাও; থুম্নক থুনথা থুদিংদা লৌরী লৌথোং অথুবা কোমশাং
ডাইন তক'শুম বিচুন। মমা মচা অম্তুবু হৌজিকমক মকম অসিদা
পুমকদবনি। অহুগা ঙদাইরেমসা, ঙপু থুয়োলগী মরালয়াই

য়াংলেন মরুম হৌখিনবনি অহল অসিবু সনা লম্বাও য়াংথৌ থক্তা চিংহুম্না পুগদবনি ।

মতাং অসিনক্তা লানমী অমা থিংবা চংলকই, নিংথৌ থুরুমই । ঈনিংথৌ নদাইরেম কবিগুম্বা য়াবা অমত্তা — নিংথৌনা হংই, ঈদাইরেম য়াম্না নপাউ ভম্বু । লানমীনা লোম্না হংগৎলি নদাইরেম শংলিংবা. ঐথোয়না লোমী চেনখিবা মুক্তা অহুবু কাহুনা পুক্নক্কদে ঈনিংথৌ ।

নিংথৌনা য়াথং পিরকই, মরম অসিদা মুক্তা মহাকপু পুরকয়বনি, মপা মচা অনিমক সনা নমজাও য়াংথৌ থক্তা চিংহুম্না থুহোইনগদবনি । হৌজিকমক মুপী অহুবু চিংহুম্না পুরকদবনি । লানমী চৎখ্রে, থুয়োন মথোম শকপী লিকশিহুপী থম্বুনা অতাওবগুম মোলি, বা য়াবো শক্তি অপিকক নমাংদগী তেম নতুংদগী থাম্বী থৈবাইরকুবা । ময়াম লৈজবী মহাকপু হুইগং থাংনা পুরক্লবা । নিংথৌ মথাতানা, ঈপু হৌজিক্তি কবি থোক্রবাগী অহল নংগী থজিন্দু লৌবাং থুদিংমক থোকলেন মংলানগুম পুম্নমক কায়খ্রে অসি নত্রা ? ঐগী হৈ শিংজবা লাকোইশিংবা তাওবা হুইজাও কয়াগা লোইনন। থাইনতক্না থিরক্লদা কবিন্থু লৈতবী মথোম অহুম্না নাম্বোক্কুনা চেনখদি ওইথোকখদি, নিংথৌ হয়াওনা লোকই । অথাম্বা লাউরকই, মীয়াংপা শংলিংবা ঈথুতুগী নাম্বোক্কুনা চেনখদি ওইরোকখদি । কেলে লোইয়াং লৈপাক অসিদা মুপী নংবু কুমগদবদি তাঙ্কা ঈদেন অমত্রি । হৌজিকমক মপু সনা নাক্তা নথোংবা থোংবা চৎকো ।

ফুবগী মখোল তারকই, লিকশিন্নু মানা খোংখাংবা ওমদনা থোক্লকই, শংলিংবশিংদা হায়জরকই, ঐবু ফুবিগন্নু ঐবু হংলাক ছুংবুল চনবিগন্নু থাদোকপিয়ু, পাম্মী ঈমোম শাংপা মশেম্মি ঐবু মুংশিবিয়্রনে ঈবুং ঈপ্রাসা। শংলিংবশিংনা লিকশিন্নুবু কুই, চিংই, নিংথৌগী মাংদা তুশিল্লি। নিংথৌ মুম্না ঙাইহাক য়েংলগা হায়্ররকই, মাবা নপাউ শেংঙ্গুপী, নপাম্মী মাওম্মা চাওদবা অচুদি পোইরৈ কৈদা চংগ্রে ? লিকশিন্নুনা খুম্না নংত্রিঙৈদা অহানবা শংলিংবনা হায়্ররকই, পিক্লবা মপাম্মী অচুদি চুরেলগী লাইজম্মুংদা য়াউবী মাংগ্রে, থোদোক অচুদা নদাইরেম শংলিংবা অমম্ভ য়াইবী মাংগ্রে ঈনিংথৌ! নিংথৌনা হায়্ররকই ঐগী ঈদাইরেম শংলিংবা অমম্ভ য়াইবী মাংগ্রবা। অহানবা শংলিংবনা—নোঙ্গক্লা হংগংলি, পায়্রমা পুকচেল থক্রবী মুকা মহাকথক ঐগী পাখৌ অচুম্ভ য়াইবী মাংগ্রবনি ঈনিংথৌ।

শংলিংবগী পাউদমখোল তাবদ নিংথৌনা শাওনা হায়্ররকই। পুম্নক অসি ঈপুগী থৌশিন ঙাক্তনি, হৌজিকসু মুপী অসিবু কৈথম শংদা থমগদবনি, অচুগা কোংমা চৈন্তু অচুদি কদাই ? অহানবা শংলিংবনা খুমই, কোংয়াং চৈন্তু অচুম্ভ চুরেলগী লাইজম্মুংদা অচুম্মক লুপগ্রে ঈনিংথৌ। নিংথৌনা মখাতানা হায়্ররকই, কোংয়াং চৈন্তু অচুম্ভ লাইজম্মুংদা লুপগ্রবা ? ঙাইহাক থম্লগা মখাতানা মনাইশিংদা য়াথং পিরকই; অচুদি ঈদাইরেমসা মপা মচা অনি অসিবু সমা কোম্মুং তাম্না পুম্নকপবনি। নিংথৌ মাং থানা চংখি মথাম পুম্নক চংলবা থৌরাংই। (মৈ মথথি)।

অহানবা মতাং
অনিশুবা উৎপা
খুমলগী লমহাং, ।

খুমন চেংলৈওবী,, লৌদা উচেক ডাকলি। কনাগুম্বা অমা ভাইবগুমম্নু ভোই। মামকৈ খুদিং কোমনা লেংই। লোয়ননা ঈশৈ শক্লি।

হৌখরে কুমজা কয়া
লাক্লৈহৈ অমুক মমা;
মাওবা শিংমা চল্লিকৈ
পাখঙ মাবু খঙবা—
করম্বা কোয়ৌগী মাংলেন্দা
কোংদোকচখদি—ভমগবা
কাওহমদেদো ঐগীদি পায়মমুং।

চেংলৈওবী ঈশৈ শক্লমগী মতোমভ শোক্লি, মমা যেই-রেলচান,, পাখঙ মাবু পায়মমুংদা খঙবা, নিংত্তোল ঐগী লকা-মুং ওমচাক্লয়ে খাম্বীগুম। করম্বা কোয়ৌগী মাংলেন্দা নিংজবা পনখৈ খুংগবা। মতম অসিমক্তদা খাত্তক তৌবা মকম অমগী মুপাগী খোক্লেল অমনা ঈশৈ শক্লকই—।

ভাওজিং থৈকোম মুংলগী
পাখঙ খুংনা থেকচগে,
লৈরাং লৈকোমমুংলগী
পাখং ঈথু্মদি খনজবী,

লৈয়াংগী লক্তবু হায়রগা-
মেলৈ লৈসনাদি নোংজুমপান,
কদাযদ—লৈদি লৈদুংশি,
লৈরাং ওইবী মহাকপু
থযোমগীদি তোর্ব্বান থক্তুদা
যাথল লৈকোনদি শেমজগে,
সুংশি শক্তম থ:জবে
থোইনো নংবু সুংশিবী,
মুজা নংবু ভাবয়া ?
পাখং থযোম্ন লকাদা
ভানবীরোনে কো!রৌথকী থাজগুম।

চেংলৈওয়ী, ভাইহাক ভারগা হয়াওনা হায়রকই, মুজা ঈদোম খজবা মন্তনা পাখঙ ওইবা মহাকম্ন ?

“সনা য়োইরেলচান” থৌদেমছনা হয়াওনা চংলকই; চেংলৈ ওয়ী পাখং মাবু ভবদা শাওশিন্নছনা লৈথোকখি ; মুজা মতৌ উবদা সনা য়োইরেলচায়া, শানৌ ওইবী মহাকপু পায়মা করি থল্লিবা ? মুমা মদোম শৈশক্রা চিক্রা লমদম অশিদা মাজা কনাবু ঙাইবগে। পাখঙ মপাউ ভাবদা চেংলৈ ওয়ীনা পাউথুন্নকই, থংজরে পায়মা কিশিথাং, মরো চাওবা য়াবাদো। মুজা মতৌ উবদা পাখং মপাউ মেন্নকই, থুঞ্জহনবগী মযোমলোই খুমল মচা কনানা লাকচা থুগুম চনবগে ? অশাও থাম্বী মৈহৌনা করিগী য়াবা মকা:কোংবগে ? চিন

পোইরোমে শানৌ-ও, নিংঙোল নংগী নশুংদাং, মাইবী পোম্বা ওইজগে। পাখঙ মপাউ তাবদা ওইন মায়ানা পাউখুম্নকই, খুদিংমক্তা থাজবা ওমজবে তাংজগুম মরৈ অনিদোং, কোয়ৌথকী লৈচিনগুম মাংলেম খুদিং চুওনবা থোইমু ওইবা মরমচৎ, ভস্বা ওইবা মহৌশানি। চেংলৌ থুপচান-না লৈখিবা কুমজা অমা কারক্লে। সনা য়োইরেলচান্না মুজা মপাউ তারগা মশানৌ কাদা পাউমেন্নকই, পায়মা কিশিথাং করিগীদমক থোইখা লিনখা থাবগে ? হৌখিবা কুমজা কয়াদি অঙাং নাওরা ওইবনা তরা চারে চানিন, নং ঐ লোইনছুনা অছুম্মক লৈরবস্থ খুমল কনাগী মী-মোক মীশা লাংলমদে অছুবু — । "চেংলৈনা,' পাউখুম্নকই, অছুবু কৈদৌখিগ্রবা তম্বা ঈমার্নবা নত্তে, লোইন ভিন্নিংদে অসিরা ? মুজা মপাউ তাবদা পাথং মহাক্লা, নত্তে নত্তে শানৌ-ও থোমলেন মংলান্দমু মুজা ওইবী নহাকী চেংলৌতবু উজরিবনি। পাখঙ থযোয় লকানুং নিংঙোল নংগী রাখন্দি করি য়ারানবু পাউদমশিগে, শায় কোয়ৌ বৈশাদা ইংল উত্নেন মরক্তা মুজা খুজেং পালোইনা চৎচগে পুন্সি লমশাংদা লেন্ন-লেন্না, সনা য়োই-রেলচানগী মাবা মপাউ তাবদা মশানৌ চেংলৈ ঙম্বীনা— লাংবন থাগী থোইহিগুম থংঙরে, ঐনা তম্বা মুপা ওইরম্নবদি কোয়ৌ খুদিংগী শনজেন শনঙাক খুদিংদা হৌবা লাকচদবা।

সনা য়োইরেলচান্না মুজা কাদা পাউখুমলকই, অচুম্বনি শানৌ-ও, ঈচল নহাক্লা ভম্বা ওইরম্নবদি পাখৌ হায়না কো-লোই মিংগৌনা মুজা নহাকপু মাংলেম মিংকুপ অমত্তু

মাদোকদোই; অদুবু মতাং আওবা ওইরিবৈগী মতমদি হৌরেদো, অং ঐ লোইনববকা অচুম্বক লৈরগা কন থুববা — — । পাখঙ মপাউ তারগা চেংলে ওইনা হৌজিক্কি লৈশা পাখঙ ওইরকলে অসিরা ? খুদিংমক ওইদুনম্ব ঐনা সিংশিংলি । আওবা শিংদা চল্লিক্লি ভরা চাকথোংবী শামবা; পাত্তা কুমন্তনা লেমলে তাচং তানমিমশিবা, পুম্নমক অদুবু নিংশিংবিত্রবাও ? ঐদিনে আওবা শিংদা চল্লি অন্থুমক থল্লিবনি । মুক্তা মপাউ তারগা পাখংনা মথা তাংকত, অংগী পায়দা রাখম্না অমনি, মতমদি রারক্তা তানবা লৈতোং লেপ, মুরা ওইবী নহাকপু তাইবং শারেপ কাব্লক্লে, চীংরা লোংহোম্ব পুকহুবে, লাইভংক্তী থম্বালগুম খোইমু কয়াগী মিক্তা নকম ওইরকলে থক্রবরনে শানৌ-ও ?

চেংলৈ ওঙী পাখঙ মপাউ তাবদি ঈকায় পবৈ চন্নকই । অদুবু মরক মরক্তা খোংদোইবিরকপদি রাইদনা ? অনা য়োই-ম্নেলচান্না, করিগীদি রাদনি, ঐগী রাইবাদি মুক্তা ওইবী নহাকনি । ঈচন নহাকপু উদনা ঐনা করম্না হিংগনি ?

মতাং অসিংক্তদা থাপতক তৌবা মকম অমদগী খোমজেল অমনা কন্না লাউরকই ।

খোজেন :— বৈ খুমল মচা কনানো ? অম্বুম্না
কাওরেল শেনবদি রারকবা মচারা,
বোইনি থম্নী লৌবুক্তা কাওরেল
শন্নপ চং লোইরোম কৌ মথে
মাং তাক্লে খংদবরা বৈ ?

খুণ্ডাহনবগী ম.মাথলোই থক্তা মচেম শাজবী, থাদনু .মনাও কুইব্রবী নিংথোল তোমখিল শাৎপিনি পাথৌ।

হাওতক শোয়থেনবনা থরাই সুংথাইনা হায়রকই, শাবৌ মহাক অসিবু পথোগী থারী লৌবুক্তা নিংথোল মদোম লৈবদি শ.কুল খবক্তাকপবু ওইরমগত্রা? সুক্তা মতেং পাংবিংব্রেদা। লৈশংনা থায়রকই, হিঃ কৈদগী পাথৌ। বাংলেন থাইহাকনু তপথবিথৌ, করিগুম্বা নিংথোল পায়মা থোয়শাওনরবস্তুনা মমাবিক পক্কেং থৎপ্রে থৎপ্রে লাউরক্লবদি অথাং নাওবাবকনু নক্সবদা! থোংলোই লৈশংগী রা তায়গা হাওতক শোয়থেনবনা উম চুমই পাথৌ অহুবা সুক্তা মতৌ য়েংবদি পায়মা অসি থাইথমদবগুম থোইরাং থোইশাওরকইদা পাথৌ। লৈশংনা মথাং লাকখিনি কম্বাইবা, তাওজিং শংমা চিন্দবদি থাইবং য়াবু কুমনৈয়ে। হাওতক শোয়থেনবনা পাথৌ য়ারা তাবদি তাংজ অসি ইকায়দা থাইথমদবা মও গুম লৈশংনা অমুক হয়া, য়া পাংলকই, পায়মা তিম্বাং থকয়োৎন অমুক্তদি থম্বলে। চানিং ঈথৌ লাংচুনা শম্মু খুৎ অনি থা, তম্বা খুৎপুল হকপদি —। করিগুম্বা কম্বাইবগী চুংশি য়ারা অয়োনবা, সুক্তা ওইবী মকম্বাং পায়মা কিগে শেংবিম্রবরা? হাওতক্কা পাওখুমলকই; কৈদগী পাথৌ সুক্তা ওইবী মকমলাং পাথং ঐগী চুংশি য়ারাদি পায়মা কিগৈ শেংখিত্রি। অহু ওইদুনমু পাথৌ, য়াবৌ থিবা থমজবী তথক্লবী থিৎসনা অচুনা পাথং ঐগী কা অথৌবা তেন্দি ওই লিম্রি পাজমলকপা অহুদি — —।

লৈশং কৌবা থোংলোইনা পাম্বোম ভিংবা হাওতক কাপ হায়রকই, চিংম পরৈ চৎথিগম্ কল্লাইবা, লৈশং কৌবা ঐহাকপু পাউজৌ লৈথা হৈবদা থাঙ্গা খুজাওদা কোপোই ঊথিং হাই-কেৎ চৎচখিবনি। মুক্তা মহাক্কা মায়কৈ অসোমদা থোংদে ইরক্ল-বদি পাথৌ কল্লাচবশীদমক ঐ লৈজরী। হাওতক শোয়শেনবদা য়াইবী মকা লাম্না পাউখুমলকই, কৈ ঙসি কৌবা লোংদি ইকায় পরৈ চমবা য়াক্তে পাথৌ। পোটরৈ মভা থেং, শকহেনবী মুক্তা মহাকপু পাথং ঐগী ভালোইশিংদা চজহৌ হেক্তা মহায়গে। চেংলৈ ঙম্‌গী মায়কৈদা য়েংলগা, য়েংঙু পাথৌ, শানৌ মহাক অসিবু মায়কৈ অসোমদা! [অনিমক য়েংই] লৈশংনা, শোয়ত্রে পাথৌ, মুক্তা ওইবী মহাক অসি মায়কৈ অসোমদা থোংলোইরক্লে, পাথেন মরুম অনিদা য়াংলেন ভাইহাক লোক্তানবা লৈসি পাথৌ। হাওতক শোয়শেনবনা হয়াওনা মকি মথোল শেমজিন্নি মথাভানা হায়রকই: কোয়ৌ ঙসিদি মুক্তা ওইবী মহাকী অমেম্মা অমম্ভং, কব্বি হায়বগে পাথৌ? অনিমক মরুম অমদা লৈথি, চেংলৈ ঙম্বী লাকই লৈশং কৌবা থোংলোইনা কন চোংথোক্লনা থংলগা হায়রকই, শানৌ লৈরাং ওইবী নহাকপু হাওতক শোয়শেনবদি অথৌবা নিংথৌ মভাইরোই মহাক্কা য়াবা থঁবা অনিদং অচুক চিনগোইজনিংঙুনা ভাইজরী। হাওতক শোয়শেনবনা বা পাং-লকই, অচুম্বনি শানৌ-ও, মুক্তা নকমলাংদা য়াবা অমত্তা — —। অরুববুদি নঙোদা পঙ্খোগী থাবী লৌবুক্তা নিংঙোল নথোম লোভাকপদি নহৎ নরেং শিনথিনবা কবা লৈত্রবরা? চেংলৈঙম্বীনা

থুরিংবুক মচঙ্গী দি যুম্মকোং লাইবুক কবনি, অদুগা মচমদি পলেম পম্মৌগী মরুক থুপ্পা লৈরবীনি। পাখংনা লোইচম্মরিবদি পল্লেম পম্মৌক্তাদা হায়না কোনোই ফিগৈশং, খুমাং উংবাং থিনবিহোদ-নরা মচন্দি ঈনিং তম্বা ওমলে, মাপৌবিশুকো ঈবুংথোর।

হাওজক শোয়শেনবদি অখৌবা, পুরমা পুক্কিং খুংশিনা নাবা মরা কোংদোকই, পাকও ঐগী থমোয় লাকাপুং শানৌ ওইবী মকাক্কী খুংশি শরুম যেকথিবা লোইদাম থাশিং যাম্মক্লে, পায়মা ভিন্নাং থকমোংন অমুঙদি থনবিয়ুনে শানৌ ও। হাওজক শোয়শেনবগী মরাহে তারগা চেংলৈ চম্বী পাউথুম্রকই, মচম্না চিনগোইজবা মারাদি অরেমনি থনবিয়ু, মথংগী লাংদোন মপোক অমদা পাওং কাপ মৌ খুংশি পনথুং য়োনবা লাইনিং পৈরে চেৎচগে। হম্মকী লাংজোন মপোকদি করেংগী থাংয়োন শোয়থিবগু নাংনা পাদম্বদি পাশোথরে, থোইথা লিনথা থাবিগম্মুকো মচনবু। হাওজক শোয়শেনবদি অখৌবা মুজা মপাউ তাবদা অথাও পরৈ চম থোনকম চাওনা হায়রকই, মুজা কাম যেংবা খুংশি যাগী লিচৎনি, অথোই নাপম কারদি তুং-লমচঙ্গা নিংজম্রকলোই, মুজা থাথম তৌজহো। লৈশা নিংথৌ কোলম লৈরগু কবুম নাইকা হপ্পা মুজা মতেং পাংহনগে, চুংফু কয়া ঈনম লৈপাক তারকখিবা হাওজক শোয়শেনবা ঐবু কদিগী থীজক ভয়াং তশোইকা থনবগে?

থুমল চেংলৈ চৌনা ঈবুংবু ফাইবং কনানা তয়াং তশোইই-বগে? অকনবনা শিংথনবীবা; নিংথৌগীদি পানা পাম্বোমনি।

কাওরেম্না শনগোন থন, মনা মুপানা লনংগেচোন তমুন মাইচা তম্না পাল্লি হায়বনু ভাতৈ, অদু ওইহনবনু য়াবো শজি শভাইনা নোংশা নাকা মকনিংদবশুন মনা কোনয়াই কনকতে। হাওভক শোয়শেনবদি অথৌবা মুমা চেংলৈ ওখৌগী মপাউ তাবদা অশাও-বনা লুতোন কা, তমা চেংখৈবশুন নিক্লা, ইয়া থুমল লৈপাক্তা শায়েল তোমচৎ শাওবা হাওভক শোয়শেনবা ঐনা জিংববা শিঙ্খদা য়াংদো লমটৈ থংশমি কনাগী মতিক লৈ? য়াবো শাজি অপিশক পাম্বা শয়াক তমশুং থুমল চেংলৈ ওখৌবু তালোইশিংদ চনগেদো শাবীগো, বাংলেন অসিমক্তদা নশানা য়ানা ঐগী তালোইশিংদা চনকদৌ, মক্রবদি — —। হাওভক্লা চেংলৈ ওখৌবু কানবা থৌয়াংলকই, চেংলৈনা শাওনা হায়রকই, হৈ নতিক নপাম্ন নত্তনা ঐবু তালোইশিংদা চনগে থৌয়াংজবা সাই! ঐগী শম্মু হকচাং শোক্লবদি মাইথী নোংমদজনি খংজৌ।

হাওভক শোয়শেনবনা শাওনা নোক্লুনা, ঐগী থুতগী মুমা বংবু কমগদবদি থুমল লৈপাক্তা মরু ঐহল তমক্লি খংজৌ।

মত্তাং অসিমক্তদা মনা "য়োইরেমচাম" চংলকই, হাওভক শোয়শেনববু মুমা য়েংলগা হায়রকই, থুমল অথৌবা কনানো? মুমা ওইবী মকদলাং, থোইরী লিনশাং থিৎ, কয়িগী অকন অয়িং শিংদি? অদুগুম্বা লিচৎতি তম্মশিংগী হৌন লমচৎ নত্তে।

"হাওভক শোয়শেনবা" মনা য়োইরেমচানগী মপাউ তারগা ভুশিজনা নোকই মথাভানা :কয়ি থুমল মচা, নতিক কয়ি কৈক্লা ঐগী শম্মু খায়থোক লেপলিবা? মাগী থোংনে ইদা

হায়রকই কদাই ঐগী তিমেন তাবাক — —। খোংলোইবগী তা তাপ লৌই, মাপল তৌনা হায়রকই, অমাং কৌক্ক বাকোন-নগী তাখোক হিংজম্লকপা খোক্লাং তাংবিৎ মপল পানবা তিমেন তাবাক অসিনা নখবাক ঊবম কাং ঊমু কিমাক খাম্লগে-দো খংগনি ওসি কোরৌ'দ কনহুম মতা চারে হৈ হায়া — —। খোংলোইনা হাপাংলকই, এ এ, তাইবিখো, মসিগী অম্বা মহা অসিনা নহালগী কোম্রৌ অমদা খুমন লমদাইপুংদা ঊকুতোবু মুক্লা খাখি। কম্রিন্থ লৈতবা মহা অসিবু তিমেন তানা মাইবী চ মবদি খুমন লৈপাক মমাংদা কনহুম ঊকায়বা মাবানি। ওসি কৌবা নোংদি কনহুম মতা চারে, মুক্লা লেংকাইচন মখাং কুজাও অসি নমথেন লৈতানপোকী খম্নোগুম খুদেকশিনে ঊবুংতো হাওতক পোমশেনবদা ঊশিতবা হায়রকই, চুম্মী পাখৌ; তিমেন তা অসি পায়শিল্লু। খোংলোইদা তা পিরগা, হৈ খুমন মচা চয়ৈ নকি শেম্মু, কুমজা কয়া ঊনম লৈপাক তায়কত্রবা হাওতক পোমশেনবা ঐবু খুমন লমদাইপুংদা ঊকায়বা পিথিবীদমক ওসি কোম্রৌদি নয়াংলেন কুজাও খুদেককেলো শাথিসো, শাওবা মকি শেমই। মনা মোইরেনচানমু চয়ৈ মকি শেম্মী. অনিমক মুকনা শামশ্রে, চেংলৈ ওমী খবাই মায়কই, লাই নিংলকই, হে খুমন পোকপা লাইনিংথৌ, নগুবু তাংজ পাকহনবীয়ুকো, থুং লোম্হুনা লাইখুম্মী। খাজ·চাদি লৈশংনা হাওতবী মীচং চংহুনা কোইলাং লাংই, হেরা ওয়াংদ কোকপা লেমলৈ তাখা-গুং খোংবানগী লাংলম্মকনু খংত্রিবা নাওবা মানত্থ হাওতব

শোয়শেনবদি অথৌবা, কুমজা কয়া তাংজ মায়থুরকত্রবদা উথিং খোওইমবা সাই। কান্ন উপাক থাবগুম থাইববিরা, লাওই। ঙমরেকলিগদু, হেয়া কাওবা মচা মাকক্ত অথোই মাপল কাঙবা সাই। অমুক্তা খোংলোইনা হবাও মথোই কানা। লাংবা উকবা চেংথৈ ওয়ী থাংকয় থংলকত্রে, মথুং মথা প্রোক প্রোক থেক্লা থাংই। ওাইহাকী মতুংদা ইথং থ হৌবনা সনা ম্নোইরেলচ ম্না হাইগংতুনা মুক্লা থাদত্রে, চেংথৈ ওয়ী মাহথোং মকা লাংলে। হাওতক শোয়শেমবা মালেম থৈদা থৈশিল্লুনা তাথি, মথিল অন্দর পাঠ, খোংলোইনা চেনশিন্দুনা থোয়রে থোয়রে ঈবুঙ্গো হায়দুনা হাওতকী লবাইদা হমাই হমই।

"সনা থোইরেলচাম্না চৎরে মকি কন্দুনা হায়রকই, খোংদেহই-বাস শানৌ-ও, খোংবা নশাইগোল কাওবা নবুং এনা থিনবি-গ। হাওতক শোয়শেনবদা থেংলগা ধরেমনা হায়রকই, থুমল মচাশিংসে অরেমবদা পায়বা জিন্দা কয়া সাই। অমুম হায়-রমগী থুমন চেংথৈ ওয়ীবু শম্মু থুজেং পায়না পুথি।

---

## ১ বা মতাং— ৩শুবা উৎপা।

# অরাগী লাইশং

অরাগী লাইশংনি, মতম কুইনা শেন্বী শাবীদ্রবনা ফক্লাংনচিংবা পূম্নমক মচেৎ মচেৎ কিন্থবম্মী। অসিগুম্বা লাইশং অসি মতম থুদিংমক্তস্থু থোংদ লোন্দুনা লৈ। অরাগী শোল্লবা অহল অমনা মনংগন্দা নংম্বা মচা অমা পোক্নুনা লাই থুরুম্মী। মতাং অসিদা থাপ্তুক ভোবা মক্ষমদগী মীয়ামগী খোঞ্জেন তারকই। ঈরুপ ঈপিজা পূম্নমক খোংশাল্লসে, কোরৌ মালেম অসিনা মমশিল্লক্রিঙৈদা লোইবী চৌংগোল অসি লম্থোকসে, লাম্থোকসে। খোঞ্জেন অসি তাবদা অহল অত্রুনা পূক্রিং লাংতক্লনা মায়কৈ অদোমদা লাউই, বাংলেন ঙাইহাক্কো ঙাইখো ঈরৈবাক চা-পুম্নমক, পোক্লক্ষম লখদম থাদোক্তুনা পোইরৈ কৈদ-খোংশানগনি? বাংলেন ঙাইহাক্কো ঙাইখো—ঙাইখো—। খুৎ থাংগত্তুনা অহল অদুনা মুংঙাইতন শোল্লি, ইস তাইবং কনা অমত্তনা ঐগী য়াবা অসিবু তাবিখিদ্রে। অরা নৈপাক্কী মীওই কয়া কয়ানা থুন হোংলদ্রে, হুয়েল লাঞ্জেন মাংওইনবগুম মরম লমলেন থাদোক্ল য়াইবী হিংনবা চেম্নদ্রে: অরা মচা থুদিংমক তয়া চানিংঙাই লৈত্ত, চোং-তাইমন্ ফুত্তুনা, কৌনদ্রবা শাগোল কাওবা হাৎতুনা চায়া তম্নদ্রে, অসিরা ....? নৈপাক্কী মপি মপা লৈতবা অরা ঐখোয়গী কিয়াক নিংথৌ পান্দবা হায়বদো! পিক্ল-নাওবা কাওবা পলেম কৈয়াথক্তা খোম্লাং থকপা ফংজদ য়াইবী য়াংখিবনা

মশিং লাকঙমদরে! কয়াদ রাপ্রবা হে—শুমেং কৈয়া…! অমুকস্থ মীখোন ভাবঙম তে'রকই, খুৎ থাজৎতুনা—, ঙাইখো লৈপাক মচাসা—, য়াইবী মাংলবস্থ ঈরৈপাক ঈরমদম অসিদা য়াইবী অস্থূম্মক থাসে, ঙাইখো রাংলেন ঙাইহাক্তা ঙাইখো। কনা অমত্তনা হয় কাওবা য়েংলদ-য়াইবী হিংনবা মা-মানা থোকপা খোংদোইনগ্রে। মীকপ মীয়াউখোন তনা—অয়া লৈপাক অসি পূমনিল-নিলগ্রে! চাদ থক্ত উখোং-রাখোংদ, য়াংদৌ লম্মথাংদ, তাইবং মীওই কয়া তু-তুহ্রনা য়াইবী থাগ্রে, ইস—কয়াদ য়েং-হৈখিদ্রবা…?

অয়া পাখং অমা ফিংনা সাকই, মথুত্তা থাংশাং পায়, হায়া লৈয়ঙ্গা অহল অত্নবু মুমা য়ে'লগা—, অহল—নংগী পোৎয়োম অত্ন চানবা পোৎ য়াওরিবরা? কদাই ঐঙোন্দা পিয়ু, খুৎ তিং-খোক্তুনা ঙাইরী। নহা অত্নগী মতৌ উবদা অহল অত্নুনা হায়রকই, হিঃ করি রানো, পোৎয়োম অসিদি কোয়ৌ নোংম-থক্তুংগী চারা য়াওরি, অত্নবু নংস্থু ঐগুম্মা চাবা ফংদ্রবা অমরা? পাখং অত্নুনা ঙাইওমদনা হ:য়রকই, কদাই নংগী অচা-অথক অত্ন ঐঙোন্দা নত্রবদি য়েংউ শম্মু নমাংদ য়াইবী চায়প্রিবা তাইবং মীয়াম অসি! অহল অত্নুনা ঙাইহাক থল্লগা হায়রকই, ঐগী নোংমগী চরা অসি নংঙোন্দা পিরবনি, সে—লৌ চায়ো, ঐগী কোয়ৌ নোংমথক্তুংগী চরা অসি নংঙোন্দা পিথোক্লবনি। অহল অত্নগী পোৎয়োম অত্ন নহা অত্নুনা তাপ মুল্লি, কিশি থোকতুনা হয়াওনা চায়, নোকতুনা চেনখি। অহল অত্নুনা মতোমতা শোল্লি, শা

ঙাঙুম অঙম-অঙম য়াইবা চায়নরবা, তাইবং মীনা মীগী লিচং চত্রবা……। হৌখিবা কুমজা কয়াদ অরা লৈপাক অসিগী য়োইবু য়োইহেনবা পাখং লৈশা কয়াগী করাও মীনোক্তী টনিস্তনা মায়কৈ খুদিং নিল্লমই, ঙসি কোয়ৌনা মীশি-মীনাগী খোঞ্জেন। তাইবং মীতনা থন্না লৈরম্ব মশিং থিঙমত্রবা অঙম অথো কয়াগী মোংবা মশাইগোন, য়ুম-কৈ, পেগোদা, থুঙং কয়া তুম্না মাং-তাকখ্রে। মতাং অসিদা অরা লৈপাক্তী অয়োম্নাই হঞ্জবা চংলকই, হান্না লৈরম্ব অহল অত্তনা হঞ্জবু য়েংলগা হায়রকই, কন্নাইবা লৈপাক অসিগী থোকখিবা অর-অনা কয়া অসিবু নখোয়দি থক উবিদবরা? অয়োম্নাই হঞ্জবনা মখো পোংনা থুম্লকই, পুম্নমক মিৎয়েং শাংথৈন'রবনি অহল, ঐখোয় তাইবং মীনি, অরা লৈপাক 'অসি করি কয়ম তে'রীবা লোইনা থংই। অহল অত্তনা পাউথুম্লকই, থংবিরবদি হেক্তিক ফাওবা করি তৌবিরা। হুয়েন লানফম কয়াদ শাহিং পাম্বা শাশিংনা হয়াওনা খেক-লাউত্তুনা অশিবা মীওই কয়াগী তোংশা মচেৎ মচেৎ শেৎতুনা চয়া ওস্বগুম, কোয়ো কয়ানি অসিদা থোকলিবা লৈপাক অসিগী অরা অনা কয়া, অঙম অথো পুম্নমক মমিৎ লাওনা পাংলবস্ত্র উবি'দ্র! অসিগুম্ব রায়েল পাংশোয় নাইরবা লৈপাক রায়েল থোদাদা পায়মা পুক্লিং চংত্রবা অঙম্বা নখোয়না য়াংলৈ য়ু ঙাওত্তুনা লৈথোক্লি। শেনবী অরা লৈপাক অসিগী য়াইফ-কে লোইদি অঙম্বা নখোয়গী পায়মা পিবুক্তা থক খল্লুগন্নু। খোমজিল্লু—লুপা সনা কয়া, লনগৈ চোম্নবা তানশিল্লু নচাক-

নরৈল, পাল্লু তয়ুম নাইচা হুপ্পা। অরাগী চঞ্জবনা শাওনা পাউং খুম্লকই, ঙাইথো অহল—অরা লৈপাক অসিগী ফিয়াক লৈরে, নিংথৌ পান্রে, তরা চেংগৈ হাংলে চাক তাকলে। অহুগীস্থ মথক্তা অরাগী মীয়াম্না হাপচবা "কিয়াক, খুদিংমক চাওরবা তুবী লাইশিল অহুনা কোরে খুদিংগী শুরা তমগ্রে, য়াইবী চাইগ্রে। থোদোক কয়া অসিনা ফুংলমচংকী তাইবং মীওই কয়ানা শেনবী অরা লৈপাক্কী কিয়াক ওইবীয়ু হায়জবা অমস্তা য়াবিগ্রে, অকি পরৈ চম্নাগ্র অহল অহুনা পাওখুম্লকই, পায়মা পুকচেল চুমদবা তাইবংগী নমু পোংলমচং নাইদবা, লৌনিং ঈথোলাংবগী শমু খুংলাম তোইরবা, অরা ফম্নাইবশিংনা শৌগৎপা নিংথৌ অহুদি চেংজেল মতম কুইরোই অঙম্বা। শেনবী অরা লৈপাক্কী সনা তাংবন্থক্তা ঙানবীগদবা তম্বা অহুদি চৌংঙ মাগা ঙমদাই ওই, শুমেংফম্নাগুম মতিক ময়াই লৈগদবনি। অরা ঐথোইগী ঈপা ঈপুনা চিনগোইবিরম্বদি লৈপাক্কী মপী মপা শকপনা য়ায়েল পাংশোয় নাইরক্রবদি খোইয়ুম মাগী শাইয়োল ওইবা তুবী লাইশিল অমা খেংদোইরক্কনি। চাওরবা লাইশিল অহুনা য়ায়েল চুমদবা অরা নংথো মথৈ তুম্না য়েংখিগনি হায়না তাকপিরম্মী।

অহল অহুগী মচাক চেল্লবা মরাহৈ তাবদা অরা চঞ্জবনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই, চৌংঙ নোংদম মথোদাবু নোংদম মতুংইন শেনবী অরা লৈপাক্কী সনা ফম্বাল থক্তা ঙানবিগদবা তম্বা মীশক মীওই অহুদি করম্বদি থংগনি?

অহল অচুনা পাউখুম্নকই, খোইয়ুম মাগী খৌশিন পুন্নমক ঐখোয়গী পুংগ্রিদা হংজরবদি খরমখৈদি খংবা ঙমগনি। অচুবু লাইনিংবা মহাক্তি মমিং উইশিন্দুনা পেগোদাগী খোংজাও লোন্দুনা লৈখিবা লোইদাম থাবুম অমা হেল্লিল্লক্লে। করম্না পেগোদাগী খোংজাও হাংদোকপিয়ু হায়জগনি?

অরাগী হঞ্জানা অহল অচুগী মা তাবগা পেগোদা মনাক্তা নকশিন্না কোই, হে—ঈপা লাইনিংবা! পেগোদাগী খোংজাও অমুক্তা হাংদোকপিয়ো, অম্নম্না কয়ারক হায়জরবসু পেগোদাগী খোংদি খক হাংদোক্লক্তে, অহল অচুনসু চংচুনা অমুক কোই, হে ঈপা পুংগ্রি! পেগোদাগী খোংজাও অমুক্তা হাংদোকপিয়ু, চীংঙু লাইপাউ অমত্তা কোলোই পাউহংজগে, অমা কোম্নুংগী ফম্নাইবসু য়াওরিয়ে। অহল অচুনা কৌবদসু খোং হাংদোক্লক্তে, অহল অচুনা মুংঙাইতনা শোল্লি, ফত্রবা তাইবং মীওই কয়াগী খৌদোকশিং অসিবু মিৎয়েং চোইদ-নিংদবনা পেগোদাগী খোং হাংদোকত্রিবনি, করম্না লাইশংগী খোং হাংদোকহনগনি, লুপ্রেদা হে শুমেং ফয়া…। মতাং অসিদা অমা লৈপাক্তা মীওইশিংনা অমা লাক, অনি লাক, পেগোদাগী লাই মমাং অচু মীগী মী ঙাক্তা পিক থল্লক্লে। অমা ফম্নাইবনা পেগোদালোমদা ওনশিন্দুনা অমুকসু কোই, হে, ঈশা লাইনিংবা, অমা কোম্নুংগী হঞ্জবনা চীংঙু লাইপাউ অমত্তা কোলোই পাউহংজগে খোংদোইরক্লি, পেগো-দাগী খোং হাংদোকপিয়ো! অম্নম্না য়াম্না হায়জরবা তুংদা য়াম্না মতিক ময়াই লৈরবা, মপোক্না পুমতো ঙৌরবা, কুচু কুমেন লংলবা

অহল ওইরবা পুংগ্রি লাইনিংবা অমা চরৈ নাপু শেং, চৌংঙু লাইগী মতৌগুম পেগোদাগী পোংজাও হাংদোকপগা লোইমনা উয়কই। অরাগী মীয়াম পুম্নমক পুংগ্রি লাইনিংববু উবদা থুরুম্লে। অহাগী অহল অদুনা য়াম্না নোল্লুরা হায়রকই, চিনগোইবীশি লাইনিংবা। মাং-তাক্লবা মীকপ মীরাওখোলনা থল্লবা, শেনবী অরা লৈপাক অসিবু করি করম তৌরগা সুংঙাই য়াইবী মরাং-কায়, থুয়া তুশিংনা পাল্লকখিগদগে অমুক্তা ভাকপিশি। ফত্রবা ভাইবং মীওই কয়'না অরা লৈপাক্তী থুন করা তুম্না থাম্বী মৈ থাগ্রে। নমু ভাইবং কয়াগী য়াইবী চায়গ্রে! পিক্ল নাওরা ফাওবা থাকপা লৈতনা য়াইবী মাংগ্রে, মকোক মরু পানগ্রে, নফমলাংদা ব্রাকৎচরী, করি করম তৌরগা অরা তুরৈ চল্লিবা অসিবু কোক্লদগে চৌংঙু লাইপাউ ভাকপিয়ুনে ঈপা।

চৌংঙুগুম মতিক ময়াই লৈরবা পুংগ্রেনা লুম্লবা খোঞ্জেল্লা হায়রকই, থুদিংমক ফয়াগী নোংদমখোম্নি, মতম মাগী খোংলৈ য়েং, নমু ভাইবং ওইবা এখোয়না তুংইঙ্গুগদবনি। চৌংঙু মাগী মরলকু, য়াইফ পুংজা লাক্কদবা কোরৌ মশিং অদুদি কয়াদি কুইরক্লরোই, শম্মু থুৎনা লাম্বা ফংবগুম নক্লবনি।

অরা অহল অদুনা মথা ভানা হংলকই, চিনগোইবিশি লাইনিংবা. নমু ভাইবং এখোয়গী সুংঙাই য়াইফবা, লৈপাক মরা তপ্পা হায়বদো করম্বা ব্রাংলেন মিৎকুপ্তা ওইরকদগে ভাকপিয়ুনে ঈপা। পুংগ্রিনা হায়রকই, লৈপাক অসিগী থুয়া তুশিংনা সুংঙাই খোইনা পানগদবদি চৌংঙ. লাইপোক কুম্মা ভুপা 'অদুনা সনা

তাংবম্বক্ত' কা, নিংথৌ খুবম শিল্লবদি লৈপাক ময়া তপকনি। অদু নত্রবদি থর-খিং রাবা নংখিগনিকো ঈয়াম্বশিংবু। অমা হঞ্জবনা হংলকই, খোয়ুম লাইপোক কুম্বা অমা লৈপাকী মুমিৎ-কুম্বা লাই "কিয়াক" অসিবু মীশক মীওই করম্বনা ওইরগা অক-মুংঙাই ওইগদগে তাকপিশিনে ঈপা! পুংগ্রিনা হায়রকই, লৈপাক অসিগী সনা তাংবম্বক্তা কম্বীগদবা মীশক মীওই অদুদি কুমজা কয়াগী মমাংদা তাংক্ত ঈহুল তম, তাইবংলক্তা পোকশ্রে, পায়মা খোইজংনা থিজরবদি ফংজগনি। অমা হঞ্জবনা হয়াওনা হংলকই, কয়াগী লাইপোক ওইবা তম্বা মুপা অদুদি করম্বা থুদম চাংদমনা থংবা ওমগদগে তাকপিসিনে ঈপা। পুংগ্রিনা পাউ-খুম্লকই, খৌশিল অসিমক পাংথোক্কে নিংলবদি কয়াবু পায়মা মুংদা চেৎনা থাগোনজো। অদুগী তুংদা অমা লৈপাকী শামু য়াইশা, লাংগোই শাদি অঙোবা খোইয়ুম লাইগা মাম্নবা লাই-শাঙনা ওমগদবনি। পুংগ্রিগী মপাউ তাবদা অমা হঞ্জবা ওক্না পাউহংলকই, হি করি য়ানো ঈপা লাইনিংবা, তাইবং মীয়োলম্বু খোক্তবা লাংগোই লাইশা মহাক্না করম্না .... ...?

পুংগ্রিনা মথা তানা হায়রকই, কম্নাইবা পায়বা নিংহম্নগম্বু, খোইয়ুম মাগী খোজান্না লেপ্না তাংজা পাকনি। ঐগী খোমলেন মংলান্দা শুমেং কয়ানা চৌংঙু লাইপাউ পিরক্লে, অমা লৈবাক্কী মপা মপা শক্না লৈবাক বায়েল খোদারগদবা তম্বা অদুদি চৌংঙু লাইপোককুম্না ঈহুল তমশ্রে। পোইরৈ কৈদা পোকখি হায়বদি নমু তাইবং কনানা পায়মা খৈনা থংনদে, খোইয়ুম লাইগী

মপারী অদুবু ফংনিংলবদি লাংগোই লাইশাবু খোইয়ুম লাইগুম
হৈকৎ লৈকৎচ, লৈরাং পরেং লেংদুনা লাংগোই লাইশা মহাকী
শম্মু ভক্ত হুক, অচং অথোক কোরৌয়েং লাংগোই লাইশা
মহাকপু থাগদবনি। অরাগী অহল অদুনা পুংগ্রিদা হংলকই,
উবদা লাইচুরবা চাওরবা লাইরেল মপীশিং অদুনা অরা ঐখোয়গী
লৈপাক অসিদা চাগোক সলাই শন, মপাল মরাক, নিংথৌ-
মচিংবা অঙম অথৌ পুন্নমক মহাকী নোইরবা মপূক মনুংদা
লোইনা য়োংশিনখ্রে। অচৌবা লাইরেল মপী অসিবু খোইয়ুম
লাইগী মপারী ওয়া অদুনা শোয়দনা য়াইবী চায়বা ভমগদ্রা .... ?
পুংগ্রিনা চিংলেম্বা থুম্লকই, উম শোয়দনা ভমগনি, চৌংভ লাই-
পোক ওইবা তম্বা অদুবু সনা তাংবল থক্তা থাংগৎহৌদ্রবদি
লাইরেল মপীশিং অদুনা কোরৌ নোংম নোংমগী চাগোক সলাই
ওইরক্লগনি। লাইরেল মচা ময়াম অদুনা লৈপাক অসিগী
কাচিন কোইয়া, লোক তায় লোইবী চৌংগোল কয়া লাইরেলগী
লাইরেল ভাক্তা পিক থনগ্রগনি। অরা লৈপাক অসি তাইবং
মীওইনা পানবা ভম্লকলয়োই। অরা হঞ্জবনা থুং লোম্নদুনা
পুংগ্রিদা হায়রকই, চিনগোইবিসি ঈপা লাইনিংবা, করম্বা কো-
রৌ বাংলেন্দা লাংগোই লাইশা মহাকপু থাগদগে, করি করম্বা
শিম্বা অসিবু পাংথোকচৌ হায়বগে তাকপিরোনে ঈপা? পুংগ্রি-
না হায়রকই, লাংগোই লাইশা থাদুনা অরা নিংথৌবু খিগে
নিংলবদি কোরৌ অফবা বাংলেন পুংকম অদুদি ঐনা পীগনি।
ভসিগী কোরৌনা মথৈ ওইরকপদা অরা কোমুংদা ঐবু ভাইদুনা

নৈয়ম্মু। লাংগোই লাইশাগী মরমদা পায়মা খোইজংনা রা তায়সি। লাংগোই লাইশাদি চীংঙু লাইনা থাবা শানি, মহাকপু হায়া ইরাং খোরম তোঙরগা মপুগী খৌশিল খোদাবু লাইশা মঙোন্দা শিয়গদবনি। খোংশাল্লো ফম্মাইবা, খৌরাং পুম্নমক অরা কোম্নুংদা চেকশিম্না থম্ন নৈনরু অম্নুম্না পাউতাক কয়া পিরম্লগা লাইনিংবা পুংগ্রি অহু হায়গুম পেগোদাগী খোং-জাও হাংদোক্নুনা চংখি। ময়াম পুম্নমক কোক নোম্দুনা নৈহৌই, অরা ইঙ্গুবা অমদি অহল অঙ্গুগনা হয়াওনা লাওই,

শুমেং ফয়ানা য়াইফরে, মপু মানা কুবিরে। অরাগী মীয়াম পুম্নমকম্মু খুমই, শুমেং ফয়ানা য়াইফরে, মপু মানা কুবিরে।

অহানবা তাঙ্কক



অনিশুবা শরুক। অহানবা মতাং।

## খুমলগী লমহা

সুমিদাংরাইগী মতমনি, খুমল চেংলৈ ওম্বী অরাবা রাখলগা লোইননা ঈশৈ শরুমই।

ঈশৈঃ—

কোরৌনা নারল রাইরকপা,
চেক্লা শঙ্গুনসু চাক্তবা
মহুম মাংকৈবু পাংলকলে,
শনজেন নংা মখৈসু
কাওঃরল শল্লুপ হোইথরে,
মানজা নংবু নুংশিবা
পোইরৈ কৈদা পাংঙ্গ্রবা?
লাংগোই লাবা খোংনেংনা
মানজা য়াইবী মাংলবরা?
ঈরম খুমল লমদাইপুং
পাখং চেংলৌ উদবা
লোইদাম থাবুম ফারক্লে,
কাওতমদরে ঐগী পায়মনুংদা।

ঈশৈ শরুম্বদগী মতোমতা শোল্লি হৌখি কোরৌ কয়াদা ঈয়ুম খুমল লমদাইপুং পাখং নংগী শজেনফম ফাংলে ওসি কোরৌদি, কোরৌ মানা হৌখিবা থাবুম অমা হেনখরে। লাংগোই লমশাদি অতোবা পাখং মাবু পুখিবা থমনুংগী শরাতান

অমংগী য়াইথোং কুপগ্রবরা। নশানৌ ওইবী ঐহাক্তি লমজাওম লাইভোমতা, পাক্ল মালংপান অসিদা। মতোমতা খাংফম খংলক্তে হিক হিক কপ্লী, ভাইবাকী মতুংদা "হাওতক শোয়শেনবা" চংলকই, চেংলৈঙস্বীবু উবদা হয়াওনা হায়রকই, সুজা ওইবী নহাকপু খুমল পুংদি অচিকপা খুনিং লৈনকাং, মানজা কনাবু ভাইবগে? ওসি কৌবা নোং খোইদাবা কনা লাক্লবোই।

খুমল চেংলৈ ওস্বীনা ইকায় মুংশি য়ান্নবা হাওতক শোয়শেনবদা পাউথুন্নকই, মালং হকচিক লাংজবনি কনা লৈজদবী ঐহাক্লা ভাইবং কনাবু ভাইজগদগে হাওতক্লা হৌখিবা কয়া নিংশিংনা মুক্সা মকমদা পাওথুন্নকই, শক:হলবী নহাকপু পাখং ইশক উবদা করিগী হুমাং ইথিক কাবিব? মুজা ওইবী নহাকী অপাম মুংশি য়াখন্না, য়াই খাগ্রবা লেমলৈগুম অক্ষা অপুন চুপ্রেদো নবুংদি। অহুবু মালং থক্লা তেন কাপ্প', লাইজ মুংদা লৈজুম হুন্থুবগুম কুপজা। কয়াদি হৌখরে, ওসি কোরৌ নোংদি মুজাগী অরেপ্পা য়ারা অমত্তং .... ...? খুমল চেংলৈঙস্বীদি ভায়োন্নবা পাউথুন্নকই, ঈবুং ফম্নাইবা ঈপন য়াংগোই তাবগী মপ'রী অহুবু করি কয়ম্ন তাবিবগে? হাওতক্লা হায়রকই, ঈচনগী য়ারা অসিদি চিনগোইজখিবা য়ারানা অমা, পাউথুস্বীবনা অমা। চেংলৈঙস্বীনা ঈচম-চম্না থুন্নকই, খংজনিংবগী য়ারা মকা কোংজখিবনি, মাংখ্রিবা ঈবুং মহাকস্থু খুমল মচা নত্তবরা? ঈবুং মহাক্লী কোলেই মপাউ হংজববু কৈদোবগে? হাওতক শোয়শেনবনা খুন্নকই, ইচম্না খংনিংবা রাকম অত্নমক য়ারা পাউদমজগনি।

লাংগোই শামু অঙৌবনা পুথিবা তম্বা মহাকপু খুমল খুঞ্জা পুম্বা হো, থাবুম অমা চুপ্পা মার খোঙ্গুল লিবনি। কোয়ৌ ওসি ফাওবদি অয়েপ্পা অমত্তমু ফংবা ওমগ্রি! য়ারা অসিগী মথা তাবদি করি রাৎপিরিবগে হংবিগদবা? চেংলৈ ওম্বী মতোমতা শোল্লি, খুমল খুঞ্জা হুপ্পা থিবদা য়াবা পোরম অমত্তমু ফংবা ওমত্ত্রবা……। হাওতক্লা মথাতানা হায়রকই, ইখংমক খংদবদি নত্তে, ইচন নতৌ য়েংজবনি, পাখং রোইরেলচান মহাক্তি লোইবী চীংলোন মাপল লান, 'মরা লৈপাক য়ৌত্রে। করিগুম্বদা তম্বা মহাক্না হিংলম্লবমু ইয়ুমথুমল লৈপাক্তা অমুক লাক্লরোই। কনা-গুম্বী খুমল চন্দ্ররাশিংগী মরক্তা তম্বা মহাক্তা মরি লৈনরম্বা য়াও-রমলবদি নোংদোম্বক্কী লৈচিন্দা লিক্লং পান্দবগুম থোক্কনি। হাওতক্কী বাহৈ তাবদা চেংলৈ ওম্বী লাংতক্লে, লৈকম খংদে। হাওতক্লা মথাতানা হায়রকই, মপুং ফারবা থনিন্দা লৈচিন নোং-কাইনা কুপ্পগুম পুজা মাইথোং লাংশিনবদি করম্নদি য়েংগনি? চেংলৈ ওম্বীদি হাওতক্কী রাঙাং রাতাদা য়াম্না হৈনরমদে' অদু ওইত্নুনমু হাওতক শোয়শেনবনা মথা তানা হায়রকই, খুখল চন্দু শকহেলবী পায়মা চনিং তা অমুক্তদি খনবিয়ু, পাখং থমোয় লাকা-নুং লামজাও থোন্না চাকপা খাম্বীগুম, মালং নুংশিৎ কনবদা লাকং হুমাই পাইবগুম নিংতোল নংগী রাখম্নি। অচাকপা খাম্বী মৈনুংদা লাইজ থিকফেম্নবগুম ঐগী পায়মা রাখলসে অমুক্তদি চংহনবীয়ু কৈদোবগে? চেংলৈ ওম্বী পাওখুম্নকই, ঐগী করি ইতিক লৈত্নুনা য়ারা অদুগুম্না তাকপিবদি—? হাওতক শোয়শেনবনা মথাতানা

পাখং ঐগী ঘোংবা ইশাইগোন কোয়ৌথক্কী থাজগুম ঙামবিং-
য়ো চিনগোইনজবা অসিবু—? চেংলৈঙম্বীনা পাউথুম্লকই, করিগী অত্তগুম্না তত্তনা চিনগোইবিবগে, নচন ঐগীদি হৌখি কোয়ৌ অমদা হায়জখিবা য়াবা অত্তনা অরেম্লনি। লৈপান্দা শাংচবী ওইদুনম্মু মপু পানখিবগুম ঈনিং তম্বা ঙগক্কদ্রে। চেংলৈঙম্বীগী মপাউ তাবদা হাওতক শোয়শেনবনা করেম্লয়কই, লাংগোই লাবা খোংনেৎনা য়াইবী মাংলম্বম্ব য়ারবা তম্বা মহাক্কীদমক করিগী অত্তুক লুনা পায়মা মুংদা থনবগে? ঈয়ুম থুমল লৈপাক্তা কোলোই ঈমিং চৎলিমা, তম্বা ঐগী কা মুয়া ওইবী নহাকপু খোংদোইয়সে। য়াহৈ অসি তাবদা চেংলৈঙম্বী শাওনা থুম্লকই, হৌজ থেংখাং কয়ারক লক্লবগুম তয়াং তশোয়বিবদি মুপীচানি খন্দুনা য়াবা কামজাও হুনবরা? শাওনা চৎকে তৌই, হাওতক শোয়শেনবনা চেংলৈঙম্বীবু থুজেং পায়ত্তনা চিংনবা থোয়াংই, চেংলৈনা শাওনা, ঐগী শম্মু হকচাং শোকমু ঐবু থাদোকউ খুজ্ঞাগী মখাংদা ঐবু খুদোইনগমু, শায়মচৎকী পানদমগুম তাংজ অত্তু ইকায়দবরা? চেংলৈঙম্বী লাওই চৈ থাংই, হাওতক্ল চিংবা হৌয়কই।

লিকশিমু শাকবী, খুয়োন, অনিমক চেনশিল্লকই, লিক-
শিমুনা অনিমক্কী খুৎ পায়ত্তুনা খায়দোক্লবা হোৎনৈ, মখাতানা হায়রকই, হৈ তম্বা ঈযোম মাবু শোকমু হৌজিকমক থাদোকউ। নত্রবদি নকোক লুয়েল অত্তু কায়গনি। চেংলৈঙম্বীনা হায়রকই, পলেম নমোমবু অমুক্কা কনমীয়ু। হাওতক্কা শাওনা হায়রকই,

হৈ সুপী করি নখৌ হৈ, ঐগী মায়যোক্তা লোইরংশিংখোং ওইবদি করিনত্তিকনৈ, য়াইবী মাংনিংত্রবদি হল্লোকখে। মোইরাংগী খুয়োন কন্নাইবনা হায়রকই, তন্থা হোৌজিকমক ঈমোম অত্রবু থাদোকউ য়াইবী নথন্নাই পুত্রনা নরালয়াই তমজখো, নত্রবদি খুংগু থাংলেন অসিনা নংকাক অদু কক্তুনা য়াইবী চায়গেদো শরীশো। ঐগী ঈমাং মক্তদা সুপী অতাংদা অত্রগুম্বা লাকচ খুত্রম চনবদি কনাগীদি মতিক হৈ? খুয়োম্না শাওনা থাং শংলি। হাওতক শোয়শেনবনা হায়রকই, অহল নংসু ঐগী মায়যোক্তা ...... । খুয়োম্না—অচুম্বা মক্তি নংগী মায়যোক্তা ঐনা থিংলিবা অসিনি, রাংলেন অসিমক্তদা খোংশ নত্রো নত্রবদি (কন্না লাওই) হাওতক শোয়শেনবা খুংলায় য়াওরক্তবনা তত্তাইফদবনা চেংহৈরু থাদোকপা তাথি, ওসি কৌবা নোংজাদি অহলশিং অসিগী তাংজ মমায় য়েং, মুক্তা নংবু থাদোকপিরবনি মী খুদিংমক্তা মমিৎ থানা য়েংলম্লগা হাওতক শোয়শেনবা চৎখি। লিকশিনু শাকবীনা চেংহৈতম্বীবু সুংশিনা মকোক্তা নানবিত্রনা হায়রকই ঈমোম মানবী নহাকপু চিক্ত লমদম অসিদ নতারোই কনাম্ন য়াওদনা করি শিম্থা হৈবগে? চেংহৈতম্বীনা পিরাং শিম্থনা পাউখুম্লকই, পলেম মানবী নমোমদি পায়মা জাংতরগ্রে য়ারা পাউদমকমসু খংজদে। চিক্ত লমদম অসিদা ঐনা করম্না হৈরমলিবা, ঐগী য়াথম্না লাম্বা কংজদে, অত্রবু তক্ষা য়াইগুম, তাংল পোৎশক অমা মকম অসিদা মাংখিবগুম, ঐগী পায়মা অসি হৈতাকথ খংদ্রেনে পলেম। কোয়ৌ

খুদিংগী লমদম অসিবু পায়মমুংদা নিংশিংজি, অদুগা লাক্লিংবসু পোকই। অহল ওইরবা খুয়োম্মা সুংশিনা হায়রকই, ঈমোম নংবু পায়বা লৈতাখো, অদি পটেং চনকদে, অদুগা ঈমাংদ ভবা কনাগুম্বনা লাকচ খুত্তম চনগদবা কনাগী মতিক লৈ। পায়বা শেংনা পাউদম্মু ঈমোম নংবু খুমল অশুম্বা কনাগী মচানো? খুমল করি লৈকাইদা লৈবগে? চেংলৈঙম্বীনা প উথুরকই, লাই-বক থিবী ঐদি খুমল অশুম্বা খুঞ্জাহনবগী মমোমনি। খুয়োম হয়াওই, ঈমোম নংবু পাখৌ খুঞ্জাহনবগী মমোম ওইরম্লব', ঐগী অনিংবসু নংবু পোকপা পম্মোগ উনানিংঙুনা খোংদোইয়কপনি। ঈমোম নংবু খেংনজবা অসিদি চৌংঙ্ মান কুবিরে, হায়রু ঈমোম, পাখৌ য়াংগোই ত বগী মোংবা মশাইগোল অসিমা লমদম কৈ-দনো? চেংলৈঙম্বীনা খুয়কই, খোঙনদি থাপত্রেনে পঙ্খৌ, ঐগী ঈয়াল য়াইস লমদম অদুমক্তনি, ঐবু লমজিংজো হায়বম্মা? চেংলৈঙম্বীগী মপাউ ভাবদা লিকশিনু শাকবা থংনিংম অমদি ভাইডবদনা হংলকই, খুমল য়াংগোই ভাবী খোইনৌ ঈভা অদুবু করি করম্মা পালিবগে? কুমজা কয়াগী মমাংদ খৌগ্রবা য়াগ্নি য়াখোং অমস্তং খোইনৌ মকমদা কোলোই পাউকংনিংবনি। তুম্বা চাবা খুদিংদা খোইনৌ মহাক্তবু কাওহমদে, লমদম্মা ভাম-খিবনা কোয়ৌ খুদিং উনবা ঐগী পাঙল লৈখিদে। ঈভা মাগী মকমলাং হৈরাং পাম্লোং অমথক শম্মু খুংপেংমনা পিখিবা, ভাওজিং মপুং ফা, মশা মরেং কল মিংয়োং কুমহৈ ওইরম্লবা? চেংলৈঙম্বীনা খুয়কই অদুক লুবা য়ায়াদি পংলবী নমোম্না কৈদগী

থংজগনি। পায়মা ভগ্নী য়াগোই ভাবী পলেমনি, শিয়থিবা খুদিংদা হেদৌ হেয়াং থাং, কোমথোকপদি ভৌরমলোই। খুয়োম্না হায়রকই, পাথৌ য়াংগোই ভাবগী মপারী অদুবু নাওরা কাংদোং ফারকলবরা? ঐগী ঈশু অদুবু চেংলৌ মশক উদবা কুমজা মশিং য়ামখরে। চেংলৈ ভম্বীনা পাউদমলকই, ঈপন য়াংগোই ভাবগী মপারী পাখং মহাক অদুদি মকম খংদনা মাংখ্রে, খুমল শন-জেন পুংদগী লাংগোই শামু অভৌবা অমথক্না ফাখিবনিস্নু হায়-নৈ। লিকশিন্নু, চেংলৈভম্বীগী রা ভাবদা খংবগুম ভৌই। চিং করম্না……। পারী সনা অদুবু মকম খংদনা মাংখ্রবা….। ঈমাদি মাংজরেদনা পারী, ঈচা লৈত্রবদি কবি ওইরসিগেনে ইমাদি। (কপ্না কপ্না) পারী নহাক লৈরংগনি খম্না ঈমানা খুমল লৈপাক্তা খোংদোইরকপনি, হিক্না-হিক্না কপ্লকই, খুয়োম্বা হায়-রকই, ঈমুম কেগে মোইরাং লৈপাক্তা অমুক হন্না খোংশান-বিরোনে পস্থৌ, লাইবকথিবী নমোমদি খুমল লৈবাক্তা অমংগী য়াইথোংকুম থমনুং শরু ভাঞ্জ্রগে। (কপ্লী) খুয়োম্না লিকশি-ন্নবু থেমজিল্লকই. ঈপাগী লাংলেন কপকনু, ঈপানা লংলা লং-জিন পুম্নমক থিগনি। চৌংগু মাগী থৌশিনবু রায়েল পাংশোয় নাই অরেম্বদা য়াইবী মাংবদি কৈদগী য়াগদগে। পারী ঈশুনা য়াইবী মাংলবা থোইয়ুম মাগী কোলোই মিংচৎ থিগনি। চেং-লৈভম্বীদা খুয়োম্না হায়রকই, য়াবা নাথৈশেংনা পাউদমলোনে ঈমোম মানবী, থৌদোক অসিমক্তি কৌয়ৌ কয়াগী মমাংদা থোকখিবগে? চেংলৈভম্বী পাউথুম্নকই, থাবুম অমা ফারক্লে,

ঈপল য়াংগোই তাবস্তু মপারীগী খোংগুম লিবা খোংশানখ্রি। কনাগুম্বনা হায়নবদি পাখং মহাক অত্তবু অরা লৈপাক্তা লাং-গোই শামু অঙোবা অমখক্তা পুখিবনিস্তু হায়রৈ। অরেপ্পা-মক্তি থংজদে, পস্থোবু পাখং মহাক্তা করি থোক্লবগে?

খুয়োম্ন পাউথুম্লকই— ঐ অসি পাখং মহাক্তা মমা পোকপা মপুনি, নংগী নাক্তা লেপলিবা ঈমোম অহনা পাখং মাবু পোক-পিনি। পাউ অসি তাবদা চেংলৈঙম্ব' মিৎলুদা পিনা থুমহৎখি, হিক হিক লাওনা হায়রকই, পলেম, নপারী খোংগুল লিবদা নমোম ঐস্তু হৈন-নচুং ইপ্পাগে। ঐবুস্ত পুখিয়ু, পাখং মহাক্তা য়াইবা থাবা মফমদা ঐগীস্তু তাইবং মপোক অসিগী অরোইবা লমথুংফম ওইজগে। লিকশিনু শাকবীনা চেংলৈঙম্বৰু শম্লাং শিৎন-নাম্না হায়রকই, শোয়দনা পারী হৈন-তুংইনপনি, পারী মহাক্তা য়াইবা থাবা মফমদা নমা ঐগীস্তু য়াইবা অসি থাগনি। পারী মহাক লৈরমগনি খম খোংদোইরকপনি, পারী মহাক্তা খমস্তুংগী শরা তান অমংগী য়াইখোং কুমথ্রবদি ঐনা হিংলুবগী কাম্রে। ঈমোম নংস্তু পারী ঈচাগা ......? চেংলৈনা হায়-রকই, ঐ - পাখং মহাক্তা ঈচিন ঈপাগুম লোইনজবীনি। রা অসি তাবদা লিকশিনুনা চেংলৈঙম্বীবু চেৎনা কোনশিন্দুনা হায়-রকই, পারী ঈচাগী চেংলো শক্তমদি উখিব্রে, ঈচাগী পারথা খোরদানা মুংশিজবী নচন অসিদি ওসি কোরৌদা ঈমাগা চেংলৌ শকথংনরে। ঈমাগী কৈরাথক্তা পম, খোম্লাং মপুং ফানা ইন-থিরবা ঈচানি, পারী নংনা ঈমাবু থাদোক্তনা চৎপ্রবা! (কপ্পী)

চেংলৈঙম্বীনা ঙপ্পা হংলকই, পলেম কবিগীদমক্তা নপারী মহাক্কা কায়নম্রিবা ?

লিকশিন্নু শাফবীনা— ঈমোম মানবী, ঐগী পারী ঈচা অদুবু মোইরাং নিংথৌনা য়াইবী চায়গনি থৌরাংখিবনা, নয়ুম থুমল লৈপাক্তা ঈমানা থৈখিবনি। অদুগী তুংদা লাইবক থিরবী নমা ঐনা মোইরাং নিংথৌগী ভমখিরবা কৈগুমশাংদা চহি কুমজা কয়া লেপ্লকখিবনি। পারী মাগী খনবদা তুম্বা মচেৎ চাবা মচেৎ ওই, কুমজা কয়া লেপ্লকলে অদুবু ··, রা মখা তাবা ঙম্লকতে। চেংলৈঙম্বীনা—পলেম নপারী খো'ঙুপ লিবদা নমোম ঐন্নু হৈনা তুংইনজগে, নমোমবু থাদোকপিগন্নু। লিকশিন্নুনা চেংলৈঙম্বীবু চেৎনা কোনশিল্লগা, ঈমোম নংবু রাংলেন মিৎকুপ অমা ফাওবা থাদোক্লোই। থুয়োন্দা হায়রকই, পম্লৌ, খোংদোইরসি পম্বদুনা রাংলেন কয়া হৌখিনি, ঈপারী খো'ঙুপ লিরসি। থুয়োম্মা হায়রকই, ঈপাগী মাংদা চৎলু, অন্না লৈপাক তান্না খোংদোইরশি। ( চেংলৈঙম্বী, লিকশিন্নু, থুয়োন, অচুম্বক চৎমিন্নখি ) ভাইহাক্কী তুংদা ঈশৈ অমা তারকই।

ঈশৈ :— ঈপারী মুংশিবা নহাকপু
পোইরৈ কৈদবু চৎপ্রবা—?
নরম থুঞ্জানা মরাং হৌ
থুমল মনিল নাইদুনা
পারি নংবু থিবদি
পায়মা লংজিন পুনথরে,

পাল্লী চেংলৌ উদবা,
অরা হুইজোং লাং,
খাংগুমদরেদো ঈমাদি।
কন্বী থকী লেমলৈগুম,
খাম্বী মৈদি মৈশা লাং,
য়াংদো ভিন্দ্রেক চোংবগুম
খাংলেদো ঈমাদি।

থুমল য়াংগোই তাবী, মপাল্লীবু কৌ কৌদ্রনা চংলকই, পাল্লী সনা য়োইরেলচান, পাল্লী সনা নংবু তায়বরা: য়াংগোই তাবী অঙাওবীগুম কোইচৎ চৎনা য়েংই, মখাভানা ৎ'য়রকই, পাল্লী ঈচাদি থুমল শনজেন পুংদস্ন লৈরমক্রে, পাল্লী নহাকপু পোইরৈ কৈদা পাংব্রবা, ঈমাবু নিংশিংদ্রবরানে ইবুংঙো। হে থুমল পোকপা খোইয়ুম লাই-ও লাইনিংথৌ। পাল্লী ঈচাগী অফ নোংদম কুবিয়ুকো। পাল্লী অদুবু মমা ঐগা খেংনজ, কৈরাথক্কা পম খোম্লাং ইঞ্জবা চীংঙ নংনা কুবিয়ু। হয়েং মতম অমদা চীংঙ নংগী খ্বাংচেৎ নমখাং হোং, তাওজিং হৈরুক কাজগে।

মতাং অসিমক্কুদা থুমল থুঞ্জনবস্ন মমোমবু কৌ কৌদ্রনা চংলকই, পাল্লী চেংলৈওন্বী ঈপাগী চেংলৈ, ঈমোম নংবু তাবরা? ঈপাগী চেংলৈ। য়াংগোইতাবীনা থুঞ্জনবগী মশক উদ্রিঙৈদা খোঞ্জেল তাবদা মতোমতা শোল্লি, থুঞ্জনবগী খোঞ্জেল মানক্রেদা, করিগুম্বদা ঈপাল্লী সনাগুম মমোম অদুস্ন মকম থংদনা ..... .....।

খুঞ্জহনবনা হেক চ'লকপদা য়াংগোই তাবীবু কৌরকই, য়াংগোইতাবী চিক্র লমদম অসিদা নভোমতা করি শিন্থারমলিবা? নপাৱী সনাবু থিরমলিবরা', অদু ওইরবদি নপারীগী য়াবা পাউদম্বাগে। খুঞ্জহনবগী পাউ তাবদা য়াংগোইতাবী হৱাওনা', পাউদম্বীয়ুনে ফম্মাইবা। পাৱী ঈচা অদুবু পুবিরক্লবরা? কদাই ঐগী ঈপাৱী পিয়ু. পাৱা' কৈদ লৈহৌবগে? লাংতক্লনা হংলকই। খুঞ্জহনবনা নোক্ল পাউদম্লকই। য়াংগোইতাবী, নপ'ৱী সনাগী য়াবা পাউদমথোল অসিদি হঞ্জবা ঐনা তব্বদা থর-থজিক পাযমা থৈনা থাজরোই। নপাৱীগী থোদোক অসিদি হৱাওবনা লুতোনকা, থমোয় অসি তনিক তনিক শ্রেনবৈ। নশাবী য়া'গোইতাবম্ব, য়াংগোইতাবী নংাকপু পুরগ! অৱা লৈপাক্লা তন্ন থোংশানগনি হায়রী। য়াংগোইতাবী থৱাই খুংঙাইনা হায়রকই, চিনগোইবিসি কম্লাইবা, পাৱী ঈগাগী মপউ অত্রবু নাপ্লচিক্লা তাজগে, অমুক্তদি পাউদম্বীয়ু। খুঞ্জহনবনা', নপাৱী সনা য়োইরেলচান সনা তাংবন্থক্লা কা, কোৱৌঙুম মঙাল নাই, পালহৌরেদো অৱা কোম্নুংদা। য়াংগোইতাবী হৱাওনা হায়রকই, পাৱী য়াইবী মাংদ্রবা....? হে চৌ'ঙু, থুমল অপোকপা হয়েং ইপুং ঙানবগা তাওজিং হৈরুক কা. কিরোই কিঙাম হোংজগে। থোইমুম নংগী থোজাম্না ঈপাৱীবু অমুক ফংজবনি।

খুঞ্জহনবনা পাউদমলকই, য়াংগোইতাবী, কবিগী পারবা অঙক চন, য়ারা পাংশোয়নিকপগে? নপাৱী য়াইবী মাংবদি হায়রুগনু অৱা লৈপাকী নিংথৌ থুবম ফংলবনি নহৈ।

য়াংগোইতাবীনা ফাগিগুম থন্দূনা হায়র ই, ইবুং ফম্লাইবা য়ারা তায়োম্নবগুম চিনগোইবিবদি কয়ি মতৌনোনে অঙম ? ইচাগী য়াথম্না নিংদোন পোম, অরা-তুরৈ চনজরিদো ঐহাক্তি। থঙ্‌-হনবনা পাউথুমলকই অচুম্বনি ঐগী য়ারাসে চৌংথু লাইগী নোংদম-খোন অঙকপনি অঙকপা। পাখৌ য়াংগোইতাবগী মশাইগোন সনাগী ংম্ব শি অমথক তম্ফা য়াইনা হংপগুম নপারী য়োইরেল তোমপোক-পা চৌংথু লাইপোক্লনি খংতৌ হৈ য়াংগে ইতাবী। য়াংগোই-তাবি নরাওই মথ তানা হায়রকই থোদোক অদুমক্ক 'অচুম্বঃ ওইরবদি ফম্লাইবা নমেম থক্তা মচেম শক্রবী, খাদম্ব মনাও ফুইজ্রবী নিতোল পীবা শকাপিবু পারী ঈচাগীদমক হৈজিং থরাই-পু, য়ারোই য়াথথা, লুমাং উবোং হিতজরবনি, য়াবিনিংদ্রবরানে ঈবুং অঙম্বা ? হুজ্রনবনা ওয়াঙন, ঐগীদি য়াংজে লাইবক ফবনি, চৌংথু মানম্ব কুবিসনু. ঐস্ত ঈমোম মাবু থিরকপনি, ঈরাল য়াইদ লৈবয়া অদুক য়েংলুখিগে, খোংশাম্লসি, হন্দকী চৌংথু নোংদম অসিমক্তি খোমলেন মংলানগুম থোকত্রে হৈ য়াংগোইতাবী। লাংগোই শামুনা খোংনেৎন্দুনা য়াইবী মাংত্রে থম্মুবনি, অদুবু নপারা সনা খোইরেগচাদি, চৌংথু লাইপোক কুম্বনি হৈ। ( অনিমক চৎখি )



## অনিশুবা তাঙ্কক।

### ২ শুবা উৎপা,

## অল্লা কোনুং।

সনা য়োইয়েলচান, নিংথৌগী তাংবন্দা কমলি, অল্লা হঞ্জবা নিংথৌগী ওইদা কমলি! পুংগ্রি লম্বোইবা! নিংথৌগী য়েৎথংবদা কমলি। তুংদা হুমায় পায়বা, তা পায়ব, মনাইশিংনস্থ থৌগলি। অল্লা লৈপাক্কী হয়াও কুমকৈ, জগোই ঈশৈনচিংবা তৌরি। মীয়াম পুম্নমক হর'ও তয়াম্নরী, অস্থুম্না জগোই ঈশৈনচিংবা পুম্নমক লোইশিংগ্রবদা অল্লা নিংথৌ সনা য়োইয়েলচাম্না হায়রকই। হঞ্জবা অল্লা লৈপাক্কী মুপী অঙাং থাক্তনা অচৌবা লাইরেল অসিনা চল্লা তম্না চারম্বনি। শুমেং কয়াগী থৌজাল্লা লাইরেল অত্তবু নিংথৌ ঐনা য়াইবী চায়খিবদি পায়মা খৈনা পেনগ্রেকো। অল্ল ওইহ্রনস্থ কল্লাইবা, মল্লৌ চাওবা তমথিরবা লাইরেল অত্থগী চায়োল শুয়োল কয়া চিৎথহোত্থনা অল্লা লৈপাক্কী মুপী অঙাং কয়াস্থ শোল্লকপা য়াই; থুদিংমক্তা চেকশিনগদব-নিকো কল্লাইবা।

অল্লা হঞ্জবনা নোল্লুক্লা থুল্লকই, কিংয়াক! তাকপিরিবা সনা য়াথং পুম্নমক নদাইরেম ঐখোয়না চেকশিনজগনি, হংগৎ-চনি বদি নদাইরেমশিংনা চরৈ ফিগাওশানা সনা য়াথংতবু জাই-জল্লী ... .... ! নিংথৌনা হায়রকই, চিনগোই নপাউ তম্মু

ফম্ভাইবা, অৱাৎপা করি লৈ। মগুবনা নিংথৌদা হংগৎলি; সনা য়াথং তুংইন্না অংচোবা তুবী লাইরেল অদুগী মকু, অমদি শরু শয়াংনচিংবা পুম্নমক ভোংঙান ভোংঙাম্না পৈশিন্দুনা থমজরে. অসিগী মথা ত'বদি ঈনিংথৌগী সনা য়াথং অমত্তং ....? নিংথৌনা খুম্লকই, লেম্ন মাংফদে, মউন অদুনা চুং মথল কয়া শাগদবনি। অদুগা মশিংথা মহাওনচিংবা অমত্তা মাংহললোইদবনি, মাইবা লোইশংদা মহাও অমদি মশিংঘা পুম্নমক হিদাক লাংথক্তা শিজিন্নহল্লু। মতাং অসিদা থোংশংবা নুপা চংলক্তুনা নিংথৌদা খুরুমই। নিংথৌনা হংলকই, ইদাইরেম, করি করম্বা. য়াৱা নপাউনো ? থোংশবনা হংগৎলি,. হমু লৈমল চন্নবা ভম্বা অমগা মীয়াই চন্নকলবী নুজা মমা মচাগা লোইননা ঈনিংথৌবু খুরুম্বা থোংদোইজরকলি। নিংথৌনা য়াথং পিরকই, চংহন্নকউ। অদুগা হঞ্জবদা মথাভানা হায়রকই, ঈপু হঞ্জবা লৈঙাক থৌদাংগী মতাংদা ৱায়েল পাংশোয় নাইফদে' অচুমতা চৎথগদবনি।. লৈপাক্কী অফ-ফ্রংঙাই খুদিংমক্তা পম্নৌ লাইনিংবগা পায়মা লিভিন্ন, চৌংঙ, লাইপাউ লৌগদবনি। অদুগা অৱা লৈপাক্কী মীওই অমত্তনা লেম্না লৈথোকফদে, ভম্বা নুপা নুপী খুদিংমক মশাগী শিন্থা লোইনা পায়হলগদবনি। হঞ্জবনা, কিয়াক কী সনা য়াথং খুদিংমক পাংথোকচগনি।

পুংগ্রি লাইনিংবনা হায়রকই, হঞ্জবা কিয়াক্না সনা কম্বাল ভোংবদা লৈপাক্কী মমা শকপী লৈমরোল অমা হাপ্তবা য়াদে, অৱা লৈপাক অসিগী চদুয়া চেংলো শক্তম হেন্নবী অমা ঈনিংথৌগী

তালোইশিংদা চম্নবা থৌরাংগদবনি। হঞ্জবনা নোম্লুক্না পাউ-খুম্নকই, পম্বো লাইনিংবগী য়াথং অত্তুমক পাংথোকচগনি। নিংথৌ ওইগ্রবা সনা য়েংইরেল চম্ন মশানৌ চেংলৈঙম্বু নিংশিংত্তনা শোল্লি, ঐগী সুংশিজরবী চেংলৈঙম্বো অত্তুবু হৌজিক ফাওবা খুমল লৈপাক্তা লৈরমথিগত্র .... ...। অসুম্না হৌগ্রবা কয়া নিংশিংলুই. তাইহাক্তী তু দা মংফা ওনথক্তুনা মথা তানা হায়রকই। ঈপু হঞ্জবা, অরা লৈমা হাম্পগী মতাং অদু কোরৌ শিংবুম থরদংদি তাইবিথো।

মতাং অসিদা মোইরাংগী খুয়োম রাখোং শেংবা চংলকই নিংথৌদা খুরমই। নিংথৌনা খুয়োমবু মুম্না য়েংলগা হায়রকই, অহন্না খোংদোইবিরকপদি করি করম্না শিম্ভু লৈবিবগে? অসুম্না হংলক্লবদা অহল ওইরবা খুয়োম্দি মগুনি হায়বা থংনা থংনা চংনবী থৌদাংনা কন, থৌগম্লোন কায়ফদনা নেংম্লুক্না হায়রকই। ঈনিংথৌগী সনা খুয়াথাদ করিগুম্বা য়ারা অমত্তং, অত্তুবু সনা-নাক্তা ননাই সুজা অনিথক্তং চংজরকপা অসিবু .... ...?

নিংথৌ তাইহাক খল্লগা হায়রকই, রায়েল লোইশংদা সুজাশিংনা চংবা য়াদবগী অথংবা লৈরবসু, লৈবক্তী অফ সুংতাই রাংফম ওইরবদি করিস্থ কায়বা লৈতে, মনাইশিং অমা কৌরগা সুজাশিং অত্তুবু মফম অসিদা চংহল্লকউ। লোইননা লিকশিন্নু, চংলৈঙম্বা চংলকই। সনা য়োইরেলচাম্না চেংলৈবু উবদা থংহো-দনা চেংলৈঙম্বো হায়না কৌথোকখি। তাইহাক তুম্মিম্না লৈক্লগা নিংথৌনা হায়রকই, ঈপু চিংন পরৈ চনবিগনু হাযবিনিংবা য়ারা

খুদিংমক তাকপিবা য়াগনি। খুমল চেংলৈঙম্বীবু নিংথৌনা তরাম্না ওকপিদ্রবদা পুকনিং শুংশিনা হায়রকই, পেম অমদি ঈপুগী পোক্কান্না ঐনা অরা লৈবাক য়োবা ঙমজবনি, তৌঙিক্তি ঐগী নিংবা থু জরে। নমোমদি খুমল লৈপাক্তা অমুক হঞ্জখ্রগে, (চৎকে তোই)।

নিংথৌন হায়রকই, চেংলৈঙম্বী রাংলেন ঙাইগাক্তা তপহংখে, করিগী খুমল লৈবাক্তা হনগদৌরিবা? ঐদি নংবু রাংলেন মিংকুপ অমত্তম্ম কাউবা লৈতে, নিংথৌগী চৎনবা থেংনাংনা কন, লৈবাক থোনা লুবনা নংদু থিরকপা ঙমখিদবনি পায়মা পাউরোল থাকদে।

চেংলৈঙম্বনা হাকৎচরকই, তাকপিবা খুদিংমক চুম্লবা রং-ফমনি অচৌ অশাং নিংথৌনা লাইর অদোন তাম্লবা মীচৎশিংবু নিংশিংবিবা অমদি অরা অনং থিবিবা হৌনদবা লিচৎনি। অচুগীম্ম মথক্তা তোল্লবী ঐদি খুমল লৈপাক্তা করিম্ম লৈতবী চম্মরানি। কাওজ মমল লৈতবী ঐনা ঈতিক ঈশা নত্তনা নোংদে ন থাজ লামলুবদি পুম্নমক ঐগী ইরান্নি। য়াইবী পোম্ম ওই অশি অচং থংদন লোইবী চীংলোন মাপল লান্না থোংদোইজরকপদি পুম্নমক অরেম্বা ওইগ্রে! নিংথৌনা হায়রকই, করিগী অচুগুম্না থোইথা লিনথা থাবগে, চেংলৈঙম্বী নহাক নত্তবা কনাগুম্বী চম্মর অমত্তবু ঐগী পায়মা-মুংদা থোইদাকুবা লৈতে। শেংলবা য়ারা অংসগী খুদম চাংদমদি রাংলেন মিংকুপ থরগী তুংদা শোয়দনা থংলক্কনি। পায়মা লৈচং লৈতানা রাংলেন ঙাইহাক্তি পোৎথাখো। মথং তানা

লিকশিন্নুদা হায়রকই, পলেমগুম্বা ঈমা অমদি ঈপুনা খোংদোই-বিরকপগী মরম খুদিংমক পাউদম্বীয়ু। লিকশিন্নুনা মপারী নিংথৌবু মুম্মা য়েংজরগা হায়রকই, ঐখোয়না খোংদোইরকপদি পারী নিংথৌগী চেংলৌ শক্তম অদুদং উজনিংঙুনা লাকচবনি। নিংথৌনা হায়রকই পলেম মানবী করি হায়রিবনিংবা য়াব্রা খোথাক নাইবিগনু ?

লিকশিন্নুনা হায়রকই, হান্না চিনগোইনথিবা অদুমকনি, পারী নহাক্কী মুংঙাই য়াইফবা ভাংজা মায়থোং অদুদং উনিংঙুনা ....। অস্তুম্না ঙাইহাক লৈরম্বদগী, লোত্তুন থম্বা ঙম্লক্লবদগী বা মথং মথং হায়দোক্লকই। নিংথৌ মহ'ক অসি ঐগী অমত্তা ঙাইজরবা ঈপাঙৌনি, ঐগী য়'রা খুদিংমক পায়মা অঙক-চন, ঙাইবং কনা অমগুনস্ত থাজরমলোই।

নিংথৌনা হায়রকই, থাজদবা য়াব্রামক্লি, ঐগী পলেম পন্থৌ অনিমক শঙ্গাইনু দা ল। অদুগুম্বা ওইদবা য়াব্রা অদুগী মহুত্তা অব্রা কোম্নুংদগী করি নিগে লাকপনো ? তাকশিন্নুনে পলেম মানবী। থুয়োম্না নিংথৌগী ম্রাঙাং ভ'বদা পুক্লিং লাংতক্লনা হায়রকই, ঈশু নিংথৌ, ঈমোম মানা ব্রাকৎচবা অশেংবা য়াব্রা-মক্লি, থাবুম তরা নাওপুক, খোম্লাং ইঙ্গুথিবস্তু তশেংব-মক্লি। মপারী মশুংলাং কুমজা কয়া মোইরাংগী কৈশুমশংদা লৈজরক-পনি। ইয়ুম কেগে মোইরাং লৈপাক্কগী লমদম অসি য়োরকপা করিগী ওইদবনা অওইবা সা কৈদগী খোংদোইরক্লদগেন ঈশু নিংথৌ।

নিংথৌনা খুম্লকই, ভশেংনমক ঐগী রাখলদা থাজবা পোক্লে। ঐগী অপোকপীগী কোলোইনা খুমল "য়াংগোইভাবী" কৌই। অপোকপগী কোলোই মিংলেনস্থ "য়াংগোইভাবা" কৌই, অসি নত্তবা ঐগী পলেম পম্থৌ লৈজদে। করিগুম্বদা মতিক চাবা খুদম চাংদম পুথোক্‌পত্রনা ঐবু থাজহনবিয়ু, ঐগী অপোকপী পলেমমক নংলমত্রবস্থ পলেম শক্ল' লৌশিঞ্জ্রগে। অদুগা নিংশিংবা থোক্ত্রনা পলেম অপোকপীমকস্থ চেংলৌ শকথংদ্রিবা অসিবু···!

খুয়োম্না হায়রকই, ভপথবিসি ঈশ্ব নিংথৌ, খুদম চাংদমস্থ অত্রক মরাকখিনি। হায়নিংঙি হায়দুনা পংঙাং-ঙাং, পংশক-শকপদি কৈদগী য়াগদগে, থক্লা অচুম অরান য়েং, থোইয়ুম মানা লোংদমলি। অত্রৈ ঈশু নিংথৌনদি নাওবা শিংদ চল্লিতৈ, নপু ঐগী ঈরাল-য়াইদা লৈরিভৈগী রাকমস্থ অত্রক মরৈরি। অত্র পুন্নমকস্থ ভোক্লগা হৌজিকস্থ কোংয়াং চৈশু অত্র ঈশু নিংথৌগী সনা খুত্তা খুংগু ওইনা অদুম্মক লৈবিরিদনা?

নিংথৌনা ঙক্লা হ'লকই, কোংয়াং চৈশু····। করি করম্না ঐগী কোংয়াং চৈশু অসিবু থংলিব? খুয়োম্না খুম্লকই, রাথোক চাওবা কোংয়াং চৈশুনি, ঈশু নিংথৌগা পলেম ওইবী মহাক। কায়নথিবস্থ চৈশু অসিগী রাথোক্লা কায়নখিবনি। কেগে য়োইরাং লৈপাক্লা কংলা রাথোক ওইগ্রিবা—কোংয়াং চৈশুনি, তয়াং ভশোয়নদি থনফদে। লিকশিনু শাকবীনা হায়রকই, পারী নিংথৌ, ঈচাগী কোলোই "সনা য়োইরেলচান" হায়বা মিংলেন অসিমক নংবু পোকপা পম্থৌনা থোনবিখিবনি। অদুতৈ কেগে

মোইরাং লৈপাক্ত, ঈমা ঈচানা শাইদাংবদি য়ারক্ত, ঈমানা পাল্লী নংবু শম্মু নমদা পো, তাংলৌ লৈন থেংবদ', খুমল লৈপাক তাম্না খোংশাঙ্গা খুমল য়াংগোই তাবা ঈতাদা ঈখুৎময়া খুৎশিন্না পাল্লী নংবু শিন্নখিবনি। (হৌখিবা খোদোকাশিং অডুবু নিংশিং-লকই) হৌগ্রবা থৌদোক অতুদি অর'ব'ন পাল্লী! মায়কৈ খুঁদংদা মোইরাং নিংথৌগী খোংমী লাল্লে'শিংনা তাওবা হুই-জাও কয়াগা থৎচিল্লক্লবদা ঈম-নাদি পান্থে লৈজদ, অহিং মমৈ ওইরকপা ইপুং শোবা ঙ'ল্লমদাই. য়াহৌ ঙনবী ঈতা য়াংগোই-তাব'না লাইজ ঈশিং শোকপা য়াংগোই তুখুন তাল্লকপদ', ঈমানা হায়জ চৎসুনা পাল্লী নংবু শিন্নখিবনি........! (য়া মখা তাবা ঙমদনা হিক হিক কপ্পী) তিল্লিবা মৈয়াম পূম্নমক লিকশিংবু শাফবাগী য়ার' পাউদমখোন তাবদ। অরা মুংঙাই য়ান্নবগুম তৌই। লিকশিংবু, পি তৈথোক্লুনা মখা পাউদমলকই, অতুগী মথংদা ·মা ঐনা মোইরাং নিংথৌগী তমথিরবা ?কশুমশংদা কুমজা মশিংম্ন কক্লুনা য়াবা কোংগাই খাংলকখি! ঈমানা পাউদ'ম্লবা খুদিংমক অচুম্বা ঙাক্লনি। মতাং অদুদা পাল্লী নিংথৌ নওাক্তি থাবুম তরুক্ত। মঙাইরি! অসিগুম্ব য়াল্লী য়াখোং অসিদি পাল্লী নংদি করম্না খংগনি?

অরা হঞ্জবনা নিং.থৌদ', কিয়াক! ননাই নপুব য়াবা অম-'অনিদং অক্তক হংগৎচবা অ'সবু ........? নিংথৌনা থুম্লকই, চিনগোইবিসি ঈপু: নিংথৌনা য়াবিরে হায়দুনা খোন কল্লপ্না হায়রকই, কেগে মোইরাং লৈপাকী পাথৌ ও, খুদুম চাংদমসু মতিক

চাদবা, ওইদনা অওই শাবদি তাইবং কনানা থাজবিগনি? থুরোম্না ফিংনা হায়রকই, হিঃ কন্নাইবা, ওইদবা য়ারম্চংনিদি করম্না খংলিবা? হঞ্জুবনা শাওনা হায়রকই, খংদবদিনা পাথৌ, হন্নবা ঐখোয়মসু অপংবা অদুবদি নত্তেদা, খংদনা অথংসা ওইদবনা অচুম-শক য়ামা খোনথম চাওবদি কৈদগী য়াগদগে?

থুরোনসু শাওনা হায়রকই, য়াগী বা চুম্ন অত্রম্মক হায়-য়ুনা; থোইরাংগী থুরোন য়াখোং শেংবা ঐবু লোইনি থুম থাক্তবা চৈগী মথেন চম্ফুং কুম্না থনবরা? ঈথিংদ পম্ন্ দা চায়নরোল মথল কয়াদ থুরোন ঐবু অশিংনগদবদি কনাগী মতিক লৈ। অচুম চুমদগী য়াকমদা করি লৈ হায়বদি থন্দনা, মীচং কনা লৈত্তে মত্তাঙুম য়ামা অত্রমগুম্না চিনগোইবদি?

অরা হঞ্জুবসু শাওনা পাউথুম্নবই, করি ক্তিক লৈহ্রমা চায়নবগী য়াকমসু পনজবা সাই, নকোক লুরেল অদু কক্তুনা য়াইবী নোংমলগনি থংদৌ। থুরোন ফুক হৌগত্তুনা, হিঃ কন্নইবা; নিংথৌগী সনা মাংমক্তদা অত্রগুম্না চিনগোইনবদি থৌগল-লোন খংদবা মানগ্রেদা ......। লিকশিন্নুনা নুংশাথিনা থামই, য়াংলেন তাইহাক্তদি তপথবিখোনে পম্মৌ।

নিংথৌনা খাম্মী; তাইবিখো ঈপু অচুম-অয়ালগী য়াকমদা করি লৈবগে অত্রক থম্নসি। পুংত্রি লাইনিংবনা য়াকমশিং অসি মুম্না তঁরবা মতুংদা হায়রকই, তাইথো কন্নাইবা পুন্নমক, কিয়াকী সনা য়াথং তাক্না থবকশিং অসি পাংথোকদবনি। মমা ঈবেম্মা য়াংগোই তাবীবু, য়াংলেন তাইহাক কৌথোকতুনা মীথৈ চম্নবা

অসিবু চেংলৌ শক থংবিবয়া হংবিকন থোক্তবরা? নিংথৌনা খুম্লকই, অচুম্ব য়ারানি পল্লৌ লাইনিংবা। মপাল্লোমদা কৌই, মনাই অমা চংলকই, নিংথৌনা মথা তানা য়াথং পিরকই। ঈদাইরেম হৌজিকগক ·থ ংশাল্ল খুমল চপু পলেমবু মকম অসিদা য়াংলেন ঙা'হাক খোংদোইবিররুব পাউদমলু। মনাই চৎল্লে, খুয়োম্না নিংথৌদা অমুক হয়া য়াকৎচরকই, ঈপু নিংথৌ, ননাই নপুগী য়াকৎ অমম্ব লৈজরী। নিংথৌনম্ব তরাম তরাম্না য়াথং পিরকই, তাকপিসি ঈপু, য়াইফ কোলোই ওইগদবা করি লৈ? খুয়োম্না পাউথুমলকই, ননাই নপুনা হংগৎচনিংবদি চৌংঙ্ লাইগী খুদম অমত্তং অত্তক য়েংজনিংবনি। অরা হঞ্জবনা মরক থৎনা হায়রকই, হায়মু ঈমোম মানবী, অহল অনি অসিগা লমদম অমত্তদা লৈবর? চেংলৈঙম্বীনা খুম্লকই, নত্তে ঐগী পোক্ল-শাৎ নফমদি খুমল লৈপাক্কনি। ঈপু অমদি পলেম খোয় অসিনা কে-গে মোইরাং লৈপাক্কগীনি। হঞ্জবন চিংনবা বাথল অমগা লোইং-ননা হায়রকই, চিংগোই নপাউ শেংঙ্ ঈমোম মানবী, পোইরৈ খুঞ্জা তোংঙাম্বা তাইবং মীওই ঙাক্কনা করি করম তৌনা খোংদোইমিম্নরকলিবা? চেংলৈঙম্বীনা পাউথুম্লকই, য়াংদো লম্ম-খাংদগী খোংদোইমিম্নরকপনি, অদু ওইহুনম্ব পলেম মানবী মহাক্তী লৌথুপ লোকোচ লৈতবা শেংলবা য়ারা পাউদমখোন অসিমক পায়মপুংদা থাজবদি পোকই অর হঞ্জবনা মুম থল্লগা হায়রকই, অদুদি প্রায়মা থৈনা লুরবা য়ারা অমথক্তি লৈরি, অদুমকপু ....। হঞ্জবনা ব. মথা তাবা নংত্রিতৈদা খুমল য়াংগোইতাবী চংলকই।

পাম্বী নিংথৌ, ঈমাবু মকম অসিদা কৌবদি করি করম্বা অরুবা লৈবগে? নিংথৌনা হায়রকই, পলেমগা লোনগা ওইবী ঈমা অসিবু চেংলৌ শক থংবিবরা? নিংথৌগী রা তাবদা য়াংগোই তাবীনা লিকশিন্নুবু মুয়া য়েংই, অন্নবু করিগুম্বা অমত্তা নি শিংবা থোক্তবগুম থুম্নকই। ঐগী পায়মা অসিনা নিংশিংবদি থোকত্রে, থোইনৌ ঈগাবোই নহাকপু পোক্তৈ লমদম কৈদ লৈবিবনেঃ, ঐগী পায়মা অসিনা ......! মমা ঈবেম্মা য়াংগোইতাবীগী রা তাবদা অরা বঙ্গবনা করেম্মনা হায়রকই, করি থোকলে মমা ঈবেম্মা খুমল য়াগোই তাবীনা নখোয় কনা অমত্তবু চেংলৌ শক থংবিত্রিবা অসিনা, মীনম্বা শার্শিন্নবনি হায়বা অসি মরেক শেংলবনি। চেংলৈঙম্বীনা পুক্রিং ঙুংশিনা হংলকই, খুমলগী পলেম, নমোম ঐবুস্থ চেংলৌ শক থংবিত্রবরা? য়াহং অন্ন তাবদা য়াংগোই তাবীনা চেংলৈবু মুয়া য়েংলগা ঙুংশিনা হায়রকই, ঈমোম মানবী নহাক য়াওরকই হায়বদি ঈমাদি থংলুত্রে, লাও- ঈমাগী নাক্তা। ঈমানা নংতবু ঙাইরকপা কোরৌ মশিং য়াম- লকলে, লাও ঈমোম। চেংলৈঙম্বীনা হয়াওনা চংশিন্দুনা পলেম হায়না কৌরকই, য়াংগোইতাবীনা চেৎনা কোনশিল্লি। ঙুংশিনা মকোক মক্ক নানবিত্তুনা হায়রকই, তাবিয়ু অরা কম্মাইবা পুম্নমক, খুমল চম্থ চেংলৈঙম্বীবু নিংথৌ পোকপী মমা ঐনা ঈমৌ শক্ক লৌশিল্লবনি। কোয়ৌ মুমিৎ অফবা অচং অথোক য়েংদুনা খুমল চম্থ অসিবু লুহোংদুনা অরা লৈবাক্তৌ লৈমরেল কমথোল হাপ্পী- পদবনি। ঐনা নিংজবা পায়মা রাখল অসিবু কম্মাইবশিংনা

চিংনু-পৱৈ লৈবিবয়া ? অরা হঞ্জবনা পাউথুম্লকই, মমা ঈবেম্মগী থৌশিল্ল অসিমক ঐখোয়গীন্দু পামজবনি। অদুবু ঈনিংথৌগী সনা পুক্নিংদা কন্নি থনবিবা ? সনা নোংদম তম্বীসি।

নিংথৌনা ঙাইহাক রাথল ভৌরগা হায়রকই, ঐগী পলেম অপোকপী অমদি কম্লাইবশিংনা য়াবিরবদি ঐগীন্দু য়াইকবা নত্তবয়া ঈপু ? অরা হঞ্জবনা মথা তানা হায়রকই, কিয়াকী সনা য়াথং ভুং ইয়া মমা ঈবেম্মনা রায়েলশংদা রাংলেন ঙাই-হাক লেংথোকপিরকপদি ঙাকপিগনি। অদুগা মুজা ওইবা মহাকী মরমদা থম্ন-নৈনজখিবা তারী। য়াংগোইতাবীনা হায়রকই, ঈবোম অসিগী মরমদদি কম্লাইবা পুম্নমক্কা য়ানগ্রবনি, ঈবোম মানবী মহাক্তবু ঙাইরকপা ঙীংঙু মানা কুখিরে। অরম থুদিংদা ঈমানা শিনগনি, নপাম থুমল লৈপাক্তা অমুক হনগ্রগন্নু, সনা কোম্নুংদা মুংঙাইনা লৈরুসি লাও। চেংলৈঙম্বীনা লিকশিন্নু অমদি থুয়োম্দা চংলগে হায়বগুম কৌরকই, থুয়োন. লিকশিন্নু অনিনা তরাম্ন তরাম্না চংনবা য়াথং পিবিখি। চেংলৈঙম্বী, য়াংগোইতাবী অনি-মক চংগ্রবদা থুয়োম্না মথা তানা নিংথৌদা রাকৎলকই। ঈশু নিংথৌ. ননাই নপুনা হংগৎচখিবা চৌংঙু লাইগী রায়েল অদুদং...। অরা হঞ্জবনা হায়রকই, হিঃ লোইশ্রবা রাকমদা অমুক হন্না য়ারা মথা শন্থবা থসিবু ? নিংথৌনা মথাতানা হংলকই, কন্নি হায়রিবিংলিবগে ঈপু ? কেগে মোইরাং লৈপাক্তা নিংথৌ রোল করাদগী কম লাইরক্লবা থুয়োম্না লিকশিন্নু অমদি য়াংগোই-তাবী অনিমক্কী রাকম অসি অচুম অরাল থংদনা তম্লাইনা

লোইশিনবা থক পায়মদে। ভশেংনমক হায়রিবস্থ লৈঙাক থৌদাগী মঙাংনচিংবদা অরা কয়াঈপুময়ক খুয়োনগী মিৎতা ভুনিৎ কাং-গুম্না উরিবনি, অদু পূময়ক ওইত্রনস্থ পায়মা লোশিং চাওরবা খুয়োম্না অকন অরিং শিংনবা কায়দে থম্ভুনা থকশি থাশি ইকায় কায়দনা অচুম্বা অথা পুররবা কয়া হোৎনরকলি। খুয়ে'য়' ভপ্না হায়রকই, মথা ঈবেম্মা, খুমল য়াংগোইতাবীনা ঐগী ঈমোম অসিবু চেংলৌ শকথংবিদে তাকপিবদি চুম্বা থারানি। অদুমকপু ঐগী ঈমোম অসিনা রাকৎচরিব। রাকম অসিমদি অরানবশিংদা চলহৌলবদি কৈদগী য়াগদগে ঈগু নিংথৌ। অরা থঞ্জবনা মরক থগুনা হায়রকই, করি কয়ম্না অচুম্বা ওইকম থোকপগে? মমা ঈবেম্মনা চেংলৌ শক থংবিদে কায়ত্রন। খুদম পিবিপ্রবা মক্তদা অনৌবা য়ার। কয়া পাউহোয়কপগী কায়বা লৈতে। হজবগী রা তাবদা খুয়েম্নো পাউথুমকই, ঐগী ঈমোম লিকশিন্থু শাকবীনা মমা ঈবেম্ম। য়াংগোইতাবীদ। ঈগু নিংথৌবু শিরাথিবদী কুইরথা কুমজা কয়াগী কাকমনি। অদুগুম্বা মতাং অদুদি ঐগী ঈমোম লিকশিন্থুশাকবীদি শম্নাং কোইকঙ্ক কুম্লংনা নাদ চিন ফনেক খোইদোম শেৎলিঙ্গেগী মতমনি। গুসি কোয়োদা উরিবা চেংলৌ শক্কম অসিগদি থেনকম থোকপনি। অদুগীন্দু মথক্তা কৈগুমশংদা রাথা কোংগাই থাং মপারী কায়না মৈশালাং, হন্থু লৈমল চল্লবী ঐগী ঈমোমবু কৈদগী মমা ঈবেম্মা য়াংগোইতাবীনা চেংলৌ শক থংখিগদগে? ঈমোম অসিবু মশক থংদে তাকপিবা চুম্বা য়াথা-মক্কি। নিংথৌনা খুয়োনগী রা তারগা পায়থা চনিং তানা

হংলকই, অদু ওইরবদি ঈপু করি কয়ম ভোরগা ঐগী অপোকপী পলেমবু নিংথৌ ঐনা চেংলৌ শক খংগদগে? চীংগু লাইগী রায়েল হায়বদো শিনবিরো ঈপু। পুংগ্রিনা হায়রকই, ঈনিংথৌনা সগা য়াথং ভাকপিরবনিনা ঐনা থৌরাং পুথা শিনগনি চৈরৈ কিভৌনা থাকন মথোল ভয়েৎ খন ঈনিংথৌনা খাদ কম, নিংথৌ পোকপী মমা অনিনা খাকন থক্তা থোল্লাং শুমথবা, অশেংবী পলেম অদুন' চৈরৈ কিরোল ভথেৎ ফাও, ঈনিংথৌগী য়াদা থোল্লাং খাওবুম থরা ভাগনি। থৌশিল অশিমক চীংগু লাইগী খুদমনি …। পুংগ্রিগী মপাওথোল ভাবদা' "খুয়োন" করাওনা—চীংগু লাইগুম য়াথং হাচুম শুবা পুংগ্রি লাইনিংবনা ভাকপীবা থৌশিল অদুমক ঐথোয়গীন্সু পামজবনি। লাইগী রায়েল য়েংবিরো হাংলেন কুইনা পন্থবিরগনু। নিংথৌনা হায়-রকই, চীংগু লাইগী থৌশিল অসিমক্তি ভাইবং কনানা থৌরাং-লগা য়াইফ কোলোই ওইগদগে? পুংগ্রিনা হায়রকই, নিংথৌ পায়মা ভুংবাংগনু, পুংগ্রি ঐনা শেংলবা যুমলেন কাজাও অমদা শুমেং কয়াবু পায়মন্নংদা থাগোয়া, থৌশিল অসিমক ঐনা থৌরাংগনি। নিংথৌনা মথা ভানা হায়রকই, অওদি পন্থবিরগনু, ঈপু হঙ্গবস্ন য়াওনা পন্থো লাইনিংথগী ভেংবাংনু। পুংগ্রিনা ফুক যৌগত্তুনা হায়রকই, ঐ থোংশাল্লগে, শুমেং কয়াগী থৌরাং পুন্নমক অমত্তা চিংথদনা পাংথোকনি, পুংগ্রি, অরঃ হঙ্গবা অনিমক চৎথি। লিকশিন্নু শাকনীনা মচা নিংথৌবু য়েংলগা হায়জরকই, পাবৌ নিংথৌ, ইচাবু ঐমক্কা থাবুম ভরা নাওপুজ, পোকখিবা

ভুশেংলবদি ঈপুথৌ পুম্নাং অপোকপনা কুবিশন্নু। পাম্নী ঈচাবু খোম্না'ং ইল্লক্লবা কুমজা মশিং য়াম্লকলে, নমা ঐশা মোইরাংগী কৈশুবশ'দা লৈ, ভম্না চারক্লবা লাইজ ঈশিং থক্লক্লবনা শরুদা উবশা ভনা কুপলেদো ঐগী হকচাংসে। ভসি 'কৌবা নোং ঈমানা লানজদবী অচুম্বীমক্তা ওইরবদি পাম্নী নিংথৌ নহাকপু ঈমাগী কৈরা থক্তু' পম, খোম্নাং থাওবুম থম্না ইল্লমগে, ভমদ মভাং খোক্লগা ভসি কৌবা নোংজাদা ঐগী অয়োইবা মিৎকুপ ওই, অমংগী ম্নাটখোং কুমথ্রগে।

সনা ময়োইরেলচাম্না লিকশিন্নু শাকথীগী মভো উবদা দুংশিনা হায়রকই, পলেম অম্নগুম্না কম্নিগী ভাকপিবগে? নচাগী ইরাল ভাকপীয়, খোইথা লিনথা থাবিগন্নু, পলেমগী মকত্রবা ম্নাম্না, মিৎকী পিরাং ভাইবং থরাই পাল্লিবা খুদিংমকী থমোয়দা ময়েক শেংনা ফাওই, ভপথবিয়ুনে পলেম।

খুম্নোম্ন' হায়রকই, পায়মা নিংকম্নগন্নু লেপ্পা ভাংজ পাকনি। মীতৈগী লাইওইথ্রবা ঈপা ঈপুশিংগী ভম্ফা ম্নাইগুম্লবা পাউম্নো অমা ঐনা নিংশিংলি। মালেম লৈন লুথম্না? পম্নৌ ঈপানা মহেল্লি, কোম্নৌ নোংদোম্না থাংবম্না? পম্নৌ ঈপানা মহেল্লি। ভাইবংগী মচা ওইবা কয়ানা ঈথাগী খোম্নাং নাম্মগী লম্মল শিংবা ভুমদে হায়রৈ। ঈমা ঈপা অনিদি ভাইবংগী মিৎনা উবা চীংগু লাইমক্লি।

লিকশিন্নু শাকথী খুম্নোনগী মম্নাহৈ ভাবদা থমোয়ন্নুংদা থাংগুম্নকভে। মিৎলুদা পিম্নাংনা অম্নেম্না লৈভনা শিন্থয়কই,

থুময়োনগী মখোং কোম্দুনা থুরুম্লগা হায়রকই, পঙ্গৌ নচাগী ভাংজ পাকপা ওইজগে। থুময়োম্না লিকশিন্নুবু কোনথংপিদুনা থৌজান-খিবা য়াহৈনা, শরাদা উস্তুনা কুপ্লবী, ঈচাগী শম্মু হকচাংদগী চৌংগু, ময়োইরাং থাংজিংনা কুখিদুনা অদুদৈ নপারীবু লোইদাম থাবুম তরুক্কা কায়মখিবগী খোম্লাং অদু হৌজিকমক হনজিনজবা ওইদৌকে। লিকশিন্নুগী কোক্তা নানখিদুনা হায়রকই, ওসি কৌবা নোং, ঈমোম নংনা ভাংজ পাকত্রবা থুময়োন ঐদি যাম্লখিবা কংবনি। নপা ঐদি ঈরালয়াইদ অমুক হল্লরোই, ঈয়া ভুরেলগী লাইজ দুংদা চোংথদুনা য়াইবী অসি থাত্রগে।

নিংথৌ মনাই অমা চংলকই, নিংথৌবু থুরুম্লগা হায়রকই, ঈনিংথৌ। অংপাকপী থুমল য়াংগোইভাবীদি চৌংগু লাইগী বায়েল-কমদা লেংশিন্দুনা লৈহৌরে, ঈনিংথৌস্থু লেঙশিনখিয়রুবা ঈপা পুংগ্রেনা হংগংচরকনি। নিংথৌনা য়াখল ভৌনা থুম্রকই, উম, য়াংলেন অসিমক্তদা খোংদোইরক্লগনি ঈপা পুংগ্রেদা য়ারা প উ-দমক্লু। নিংথৌ মনাই চৎখি, নিংথৌ মথাভানা হায়রকই, পনেম নচা চৎচরুখিগে... । লিকশিন্নুনা হায়রকই, পারী নিংথৌ খোং-শাল্লো। নিংথৌ পুংগ্রেগী নাক্তা চৎল্লে, লিকশিন্নু থুময়োন অনিং-ভমক চাইথৌরে। থুময়োম্না মমোমগীদমক্তা য়্যালেম লৈদা থুকটু লৈভানা কয়্লগা লাই নিংলকই। হে চিংগু থাংজিং ঈমোম লিক-শিন্নু শাকথীগী ভাংজ পাকপা খোইয়ুম নংনা কুথীযু। লাই থুরাম্লগা মচাদা হায়রকই, ঈমোম হৌখিবা খোদোকশিং অদুবু নিংশিংদুনা নোংদা লাইথেল পাথংবা খোইয়ুব মণ্ডাল অরাব

চাঁংঙু মংঙন অহৎকপা খোইযুম মহাকপু পাম্মা হিরিকোন চেৎনথাগোনজৌ, খুদিংমক্তা লেপ্পা ভাংজ পাকনি। অস্রম্মা মপামচা বাখৌ শাম্নীথৈদা মন্নুংদগী খোঞ্জেন অমা তারকই।

খোঞ্জেন:— হে ঈপুথৌ খুমল অপোকপা,
নমাই খুমল চম্নু মাংগোই ভাবী ঐনা
পাম্নী নিংথৌ সনা মোইরেল চানবু
পোকচবা ওইরবদি কিজং থাকনগী
মথোন তরেৎ কাও, ঈপাম্নী মহাকপু
খাওবুম থম্মা খোম্লাং ইনজবা ওমজগে,
চাংঙু নংনা কুবিমু ……।

খাঞ্জেন আস ভাবদা লিকশিন্নু, খুম্মোন অনিমক থম্মোম্মুংদা লাংতক্লে। নিংথৌ মনাই অমা চংলক্লগ হায়রকই, মমা ঈবেম্মা লিকশিন্নু শাকথৌগী মভাং থোক্লে, লেঙশিনবিরক্লবা ঈনিংথৌগী সনা মাথং পুজরক্লি …… ……। খুম্মোম্মা লিকশিন্নুদা হায়রকই, পামমন্নুংদা চিংন পরৈ চনফদে, খোংশাম্লো ঈচাগী ভাংজা পাক্লগনি। লিকশিন্নু অমদি নিংথৌ মনাই অনিমক চংখি। খুম্মোম মতোমতা লৈহৌই, থম্মোম লাংতক্লে লৈকম থংদে। লোইননা মুথিদাংরাই ওইরকই ( মমশিন্নকই ) খুম্মোন মতোমতা শোল্লি।

হন্নু লৈমল চম্নবী ভুম্মা চাবা খুদিংদা মপান্নৌগী মাথম্মা থম্মোম মুংদা ওমচাক্লা, নোংমগী কোম্নো অমত্তবু মায়থোং মকা লাম্মা হন্নাও মীনোক ভমজখিক্লবী। শরুদা উনশা-তনা

কাংলাদা মহাকী মপাল্লগী কন্না ........। মসি পুন্নমক থোইবুদা নাইদ্রি থৌশিল্লি। মসি মতমদা কাম্বুদে, থোইবুম ঙম্বা নৈদে, নৈদে হায়রসি বাংলেন অসিমকতা থংগদবা মখাইদে।

নিংথৌ, পুংগ্রি, মমা অনি মনাইশিংনা থৌগল্লুনা চংলকই। নিংথৌ ফাংদ্রবা কমই. থুমোর থংনিংবনা লাংতকনা হংলকই, ঈগুন নিংথৌ, মমা ঈবেম্মা অনিগী মরমদা চীংগু লাইনা করি করম, লোংদৌবগা? নিংথৌ খুমদে রাখল ভোন নৈ।

পুংগ্রিনা খুমকই, পাথৌ, কেগে মোইরাং নৈপাকী কন্নইবা, পামম লাংতক্লগনু। অঙেং কন্নাগী থৌশিল অসিদি অঙকপনি। মমা ঈবেম্মাঃ খুমল চনু য়াংগোইতাবীনা থোম্মাং অমথবদি চরে থাকল মথোন তরেৎতি কাওখরে। মপাম্বী নিংথৌগী মাদা, থোম্মাং খাওবুম থন্না ইনবদি ওবথিত্রে, অঙমকপু পলেম মমা অন্না ওইবগী মতিক মন্নাইদি করিগনু থম্বা নৈতে। মথংদা মমা ঈবেম্মা লিকশিন্দু শাক্তবীনা থোম্মাং অমথবদি থাকল মথোন তরেৎ কাও, মপাম্বী নিংথৌবু খাওবুম থন্না থোম্মাং ঈনবা ওবত্রে। লাইগী রায়েন্দা তাবদি অনিমক পলেমমক্কি লৌগনি।

খুম্নোমঃ হয়াওনা হায়রকই. লাইনিংথা মহাকী লৌখুপ লৌকোই নৈত্রবা থোইবুব লাইগী পাউতাককুম্নবা নম্মাংবা অহুনা কুমজা কন্না কামনদ্রব। মমা মচা অনিগু চেংলৌ শক থংনহল্লে। খুমোন রাখোং শেংবা ঐনা নিংজবা পনথৈ খুংলে, মুংলাইবে পেমে পূন্নক পেমে মুঙাইবে। পুংগ্রিনা হায়রকই, ঐহু লোংলাকনে কৌজৌ ময়সি অমশিন্নরে। খেগোনামী লোঙজাও হাংলোকনা হয়েংগী কৌদৌ মুকনবদা নথোম

পুন্সুন্না ঙুমেং কয়াদা নুকোক নোম্না খুরুম্জৌ পুন্সুক মহাক্কী থৌশিন ঙাক্তনি। নিংথৌনা হায়রকই, থোংখানবিশি পন্থৌ লাইনিংথা। (পুংগ্রি চৎগ্রে) নিংথৌ মথাতানা হায়রকই, ওসি কোরৌদা ঐগী পলেম অনিমকপু চেংলৌ শক থংজবা অসিদি ঈপুগী থৌশিন্নি, পুন্সক ঈপুনা শিনথিরমজ্রবদি ঐগী অপোকপী পলেমগা অমুক উনজরগী পাউদা তৈরমজ্রবদি। ঐগী অপোকপী পলেমদি লিকশিঙ্গু শাকথীদি, ঐবু পোকপগী মপাক্কী হাকমবকা থোইবাংগী থৈজম্বশংদা কুরপা মশিং কক্তনা থবাবা কয়া থাং-জরক্কী পলেমনি হাৎবাসি অশেংবা থংজকে। ঐনা লিক্লিটৈ থাবুন্ত তকন্না ভাইক্লিটৈদগী মী অমা ওইনবা মোকপিরকপদা অমা কোংগাই থাংজরক্কী পলেমদি খুমল চমু য়াংগোইতাবী পলেমনি। পলেম অনিমকপু নপারী ঐনা ভাংলৌ থাদ চংজনা থৌগঞ্জপনি।

লিকশিঙ্গু শাকথীনা হায়রকই, থোইনৌ ঈভা য়াংগোই-তাবী নহাক্ক, ঈপারীগী মুংভাই য়াইফ পুন্সক শেম্নকপনি, থোই-নৌ নহক্তি নপারী নিংথৌগী নাক্তা সনা লুপা য়াওয়া, মোন্দুম মোক্তেকথক্তা মুংভাই থোইনা পাম্লু। লিকশিঙ্গু কোথী ঐদি মপোক থিরবীনি, পিক্ক থাংপোকশং অমদা ঈপারীগী চেংলৌ শক্তম য়েং, খমমুং পাউজেল্ল ভাইবগুম ঐগী পুন্সি লেজগে।

খুমল য়াংগোইতাবীনা হায়রকই, থোইনৌ নংবু মুংশিরী কমিগীদমক থোইথা লিনবা থাবগে? অহিং মরৈ ওইরক্রপা কোরৌ ভালমদাইগী মতমদা পারী যাবু য়াংগোইতাবী ইথক্তা

শিরবিথিবদি তেরবা য়াংলেন মিকুপকী মতমগা ওই, ঈতাগী চেংলৌ শককম অহুবু করম্বদি খংগনি। খংজদবগী খংদে হায়থিবত্তনি, খোইথা লিনথা খাবিনু চারে চামিম অরা সুংতাই খুদিংদা য়াওয়া, লৈমিরশিকো ঈতা।

লিকশিনুনা খুম্বকই, য়ারোবা নংচদে, ঐগী উনবীগুংদা খজবা অচুভা ইচম চম্বা পাউদমজবনি। ঐনা ঈতাগী নকমদা কবিগী খোইথা লিনথা খাগদগে, খোইনৌ নহারা অসুম্বা কৈ তাকপিবা নান্তা ঐগীসু য়াইফ কোলোই নত্তবরা? মরম খুদিংদা খোইনৌ নহারা শিনবীয়ু। নিংথৌনা খুয়োন্দা হায়রকই, ঈপু পলেম অনিগা লোইননা শঙ্গাইমুংদা পোৎখাবীরু।

খুয়োম্না হয়াওনা খুম্বকই, সুংতাইরে ঈগু নিংথৌ, পুম্নমক মপু মাগী খৌজাম্নি, বা ঈচাশা ঈপাগা লোইননা সুংতাইথোইনা পোৎখাক্লসি লাও। লিকশিনু য়াংগোইতাবী, খুয়োমচিংবা পূম্নমক কোমুং মপুংদা চংশ্রে। নিংথৌ মতোমতা য়াখম সুংবংনৈ, তপ্পা লাকই, খংহৌদনা লৈকোল অমদা থুংলুরে। মনাই খৌগমোই অমত্তসু য়াওদনা খাবম্না ঈপোম হৌরবা লৈকোল অত্তুদা কোইচং চংলি। অসুম্বা মিকুপ খরা হৌগ্রবা তুংদা নিংথৌনা মতোমতা শোম্লি। পলেম লিকশিনু শাফবীনা ঐবু পোকপী অশেংবী পংলেম। অছুদি ঐবু পোকপা পন্থোনা কনা? পামবা য়াখল অসিনা খবোয় অসি ওমচাক্লরে। পলেম ঈমাদা য়াহং পাউহংজবদা পায়মমুংদা কম্নি খনখিগদবা, অত্তবু ... ... ।

লিকশিন্নুনা মচাবু থিরকই, লৈকোন্দা চংলকই। সনা য়োইরেলচানবু মুন্না য়েংলগা মুংশিনা হংলকই, পান্নী নিংথৌবা অথেংবা ভাংনৌ অসিদা নত্তোমত্তা করি রাখল তৌরিবগে? পায়মন্নুংদা নিংঙমদবা করি লৈবগে চিন্নগোই নপাউ ত্তম্মু ঈমাদা।

নিংথৌনা হায়রকই, ঙসি কোরৌগা পলেমবু চেংলৌ শক থংজবা পোকচবগী মহৈ য়ারে। হৌথিবা কুমজা কয়াদা অপোক-পী পলেমবু চেংলৌ শকথংদনা লৈরমলে, ঙসি কোরৌগী পেংলবা মুংঙাইরবা পুংজা অসিদা নপান্নী ঐনা চরৈ কিগাও শানা পলেম ঙইবী নকমদগী থৌজাল অমত্তং সিজগে।

লিকশিন্নুনা হায়রকই, হায়য়ু পান্নী ঈমাগী ঈকমদগী করি পাম্বগে? মপান্নী নিংথৌনা থংনিংবনা লাংতক্কত্নুনা মমাগী মফমদা হংলকই, পলেম্না মুংশিবীত্নুনা ভাকপীয়ু ঐবু পোকপা পম্ভোগী কোলোই মিংলেন অত্থবু করি কৌবগে? লমদম কৈদা লৈবগে অমুক্তা ভাকপিয়ু, নচাদি পলেমবু থংজবগা লোইননা পম্ভোগী চেংলৌ শক্তম অত্থ য়াম্না উনিংলেনে পলেম।

লিকশিন্নু মচাগী রা ভাবদা থংবঙুম তৌই, তু চুংই, অত্থবু তঙাইফদনা হায়রকই, পান্নী নংবু পোকপ পম্ভোদি ভাইবংপান অসিদা লৈথিত্রে। লিকশিন্নুগী মপাউ ভাবদা নিংথৌগী থম্মোয় পুঙমদনা হায়রকই, ঐগী পম্ভোবু ভাইবং অসিদা লৈথিত্রবা....। নচানা ভাইবং মীরোল থংত্রিরৈঙে ঐবু পোকপা পম্ভোবু শজিক মতুংইন, থাবা মমৈ রাইঞবা! নচাগী লাইবক থিবনা পম্ভোগী

তাইবংপান অসিদা মপারোশি হায়নিংদবা লোচ-লৌনথুপ্পনা মহাক অত্থনা কনানো ? পুকচেল পিক্লবা তথা মুপা ওইবগী মথৌনা মরিংবেন লৈত্রবা অমখা মহাক অত্রবু ঐগী পথৌনি হায়নিংজ্রে, মহাক 'অহুনি তাইবং মা নত্তে, উমং রাখংদা লৈবা শানি থুংলে ঐ অসি শাগী মচানি ..................।

লিকশিনু শাক্কবীনা খিংলুনা পিরং শিঙ্খনা হায়রকই, পায়ী হায়'রদে নংবু পোকপা পথোদি তাইবং মীনু নত্তে...। মমাগী রা তাবদা নিংথৌনা থক্কা লোম্লিঃ তাইবং মী নত্তবা.......। অহাদ কনানো মচাদা তাকশিরোহনে পলেম। লিকশিনুনা খংহোয় তনিক্কা হায়রকই. পায়ী ওসি কৌবা লোং ঈমানা মংগী পঙ্খৌ মশক ত'ক্লগে পায়থনুংদা কয়িনু চিংনগনু। মথুং লোমঙ্খনা মপুরোইববু কৌরকই। মতম অমদা নহাক্কা হায়খিবদাই, লৈমরেল শিদবীনা পোক্লবা লাইনিংথৌ শরায়েলগী মপায়ী ওইবা ঐহাক্কি। নহাকী কোনোই মিংলেমা নোংদ লাইরেল পাখংবা কৌই হায়খিবদাই ! ননাই মুপী ঐনা অরা কোংপাই খাং, মীগী শাইজিন শয়াদা তাংহ্নুনা লাক্ল-ফাওবা চীংও লাইওইবা নহাক্কা থোজানগী মরিক অমত্তম্ম পিখিবিবা লৈতে। নচামা ওসি কোয়োদা মপা মশক তাকও পঙ্খৌগী শকক উজগে য়াবা তক্কা পাউহংবা ঐনা পায়ী মকমদা কয়ি হায়না পাউখুমগনি .......। অদুবু তাক্কবদি য়াদ চীংও লাইওইবা নহাকী রায়ী বাবোং পুম্নমক পায়ী ঈচাদা পাউদমর্জ রায়ী লিজগে চীংও মংনা কুখিয়। নিংথৌনা মথা তানা হায়রকই তাকপিরেনে পলেম; নচা ঐনা কয়ি কয়ম তৌনা

তাইবং অসিদা……… p লিকশিন্নুনা থম্মোয় শোক্লা পাউরম্ন-কই, পাম্বী ঈচানা তাইবং অসিদা কবি করম তৌনা তারো ঈমা মাম্বী লিগে……!

মুমিদাং অথেংবনি, নোংমুংশিং কম্না-কম্না শিৎলকই, মরক মরক্তা নোংথাং কুপ্লকই। কবিগুম্বদস্থ নোং কম্না থাক্লকই, অকি তুজুংবা মওংনি। অমম্বা মরক্তা লুম্নবা খোঞ্জেন অমনা লাউরকপগুম তৌই, তথেংনমক লিকশিন্নুগী চৌখিবা পুক্সিবু মতোমতা নিংশিংজরকপনি। খোঞ্জেনঃ— পম্মোগী মশাইগোম্বা লৈরিবৈ নিংতোল চম্নুম্বানা হৈরাং লোনজ-নবী, লৈয়াং লোনজিন চিনবী, পাম্বী পুম্বী থংদবা মীশক মওই লেপ্তবা তম্বগা মরুপ খোংলোই শেম্ব ওম্মী ওক্লবী, ওক্লবী নংগী নহাক থক, লুরাং পুভাংবা ঐবু কোলোই মিংচৎ থিহনবতা নত্তনা শাটৈ পুম্নমকস্থ লৈখা তাহল্লবা……! নপা ঐবু লোকমায় থক্ত হাপ, মোন-খোকপা ওম্মী, লমকেৎ লমহাইবী মারক মাতেম ইনদবী নহাক ঐগী ঈচ নত্তে হৌজিকমক ইরালমাই অসি থাদোক্তুনা চৎশ্রো চৎলু……! লিকশিন্নু খোঞ্জেন অসি তাবদা নকোং মেনশিল্লি, লেপ্প ওল্লকত্তে! নোং কম্না থাক্লকই, নোংথাং কুপ্লকই, অমম্বা লৈচিন মরক্তা মচু তরেৎকী চুমথাংনা ইস্তান-তাল্লকই, লংলবা মতাল মরক্তগী মুপাগী খোঞ্জেন অমনা চিংলেম্বা হায়রকই।

খোঞ্জেনঃ—

মীতৈ চম্নু লিকশিন্নু
পুক্লিং অতুক চংকয়োই
কম্বিগী অহুক মুংলাংলি।

মোংদোন লাইদি পাখংবা ঐনা
তাইবং শক্তম লৌ,
অপাম হুংশি শরীনা
লৈপুল ওইশি বারেপ্পা
তাইবং মপোক ওইবনা,
অকাও পম্বৈ চনগ্রবক্তা নুহাক্কি!
পান্নমা নংগী খোইজিথা
থাবুম তরা নাওপুবা
অচম্বা নাওয়া নত্তেকো,
পাখংবা ঐগী ঈপান্নীনী,
চেৎনা জুনা য়োকচোকো
লৈপাক মপুগী খুবম-তান
সনা তাংবন ফংহনগে,
লৌজোকো কোংয়াং চৈগুসে
পান্নী ঈচাগী খুদোম্নি
মশক নাইবা চৈগুনি,
খোঙ্লাং তরেৎ পানবনি
তরাই—তরাই থনগনু
পাখংবা ঐ মক্কি থন
চৈগুসে থমজোকো চেকশিন্না।
চৈগু অহু কৈদৌনুং
থাকদেকো পান্নী নচাগা।

## নিংথৌ শিথা



ক্যাংয়াং চৈশু অচুপা
মীথুং চরবা লোংচুদা
লৈপাক য়াথোক ওইগনি
অমুম্বা চিনগোইখিবা য়াবাবু
কবিগীদমক অকাওপরৈ চনবগে ?
ঐগী লাংতোন মতম শুথিবনা
শক-উংপা য়াথিদয়ে ঈপানৌ মকমদা।
পায়ী সনা য়োইরেলচান
সুংঙাই থোইনা পাঞ্জহৌরোকো।

খোঞ্জেন লাক্লিবা মাইকৈদা লিকশিন্নু অমদি সনা য়োই-রেলচান মমা মচানা থুকউ লৈতানা থুরুমজখি। নিংথৌগী চিংনবা খুদিংমক কোকখি, ওক্রবীনি থল্লবা লিকশিন্নু শাকবীগী মায়থোং অহু থাজগুম ইংনা ঙানবা হৌরকখি।

লোইরবা।

## অইবগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিং—

১। তাইবং পাউজেল ('Traditional story)
২। ইম্ফাল (Cultural History of Kangleipak)
৩। ঈথাই পুনম চীং (Based on Historical fact)
৪। নিংথৌ খিবা (Based on Meitei tradition)
৫। শরী রাশক (Based on 'Historical fack)

## মথংগী থোরাংদা—

১। মচা ইবেম্মা থাজবা (Based on Historical fact)
২। বর যাত্রা (ড্রম', সোসিয়েল প্লে)
৩। লৈমা খিবা (Traditional story)

মুতুম্বা তোম্বী।

লাইম্রিক মন্দম সোল প্রেস, শিংজমৈ ইম্ফাল।